বাখলগী

# লৈরাং-পরেং

"শিনবা হিংবনি তৌরিদি
হিংনবা ইবনি শিদনবা"

নিলাধ্বজ

কোংদোকপা—

শ্রীঅকোইজম নরেন্দ্র সিংহ

থৈরাঙ্গ।




অহানবা নম্বা—১৯৬৯ ইং

কোপী—১,০০০



মমল লুপা ১.২৫

নম্ফম— দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

'৺ইপাদ্গা—'

কদ্গাইদা ?

কনাদা ?

লাইগী লৈবাক্তু লাইরৈবাক্তু

লাইরৈবাক্তু নত্তে সর্গদা

সর্গদা থংদে লৈরম্বা মক্কম্‌দা

৺ইপাগী আত্মানা পেনবীবা ওইস্সুঙ্গু'

তোম্বা নচা—

# সাহিত্য মন্দিরদা

ইমা মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরদা—
নারা অঙাং ঐহাক্না
থম্মোয়গী অমমৃবা লৈকোন্দা
শাংপা পুক্নিংগী লৈরাংনা
য়াথম্না লাম্বা ফংবমথৈ
ঙমৃদ ঙমৃদ হেক্‌চত্নবা
হৈত-হৈত লেংজরগা
কংচরি ঐগী লৈথন্
লৈচু য়াওদবা—লৈরাং
নাচোম্ লৈচা ঙাক্‌ঙমৃদবা
লৈনম্ লৈচু চেন্‌থ্রবা
পরেং খুৎলেং নিংখি'থ্রবা
'য়াথন্‌গী লৈরাং পরেং'
লাম্থোক্‌চরি থরাই মঙা য়াওনা
পুক্নিং অনি লোংদনা ইমাগী খুয়াথাদা।

য়েংবদা ফজ্জদরে ইমক্ মকৃশিল্লে
তাবদা মুংশিদয়ে ইশি শিদয়ে ;
হৈদি হৈতনা লৈখোং শেংবদা
লৈরাং মরুদা শোইদংখ্রমালে
কংশিল্লকৃলে মশা থুইথয়কৃলে মনা
কালেনৃগী মৈশা থাং' ঙমৃমোইদোরে
রাকৃচিংগী উনৃলেন্ লেপ' ঙমৃমোইদোরে
বসন্ত য়েন্নীং হন' ঙমৃমোইদোরে।
শ্রঃ মালিনী চৈবীরমালে
সাহিত্য লৈকোন্ মপুনা,
মাইথোং ইঙাং ঙাংশিল্লে
কুচু ইমু মুশিল্লে ;
খল্লকৃলে নিংঙমৃদনা রানা
করিজুংগী শেংলুবা
লৈরাং লৈখোং সাহিত্য মন্দির।

# "মাংজোননা"

ফজবরা ফজদবরা য়েংদনা তম্বদি
ভক্তি ব্যবহার খজিকৃতং রাৎমানে ;
নুংঙাইবরা নুংঙাইতবরা পাদনা লীবদি
রাখন্ খরদং থেন্'মানে ॥

হৈত্না তৌবা নত্তে
পামৃজরুবনা ময়ামৃগী সেবানি ;
পেন্দবা নুংঙাইতবা 'পুম্বা
কেগেনা মুম্বী ওইবনি ॥

খংদে কয়া কুইনা নোকনি
খংদে কয়া কুইনা কপকৃনি ;
নোকৃলিবমখৈ কপ্‌লিবমখৈ তাখিনি মখোল্
তৎশ্রগা বীণা তাররোই অমুকৃহন্না ॥

খংদবনা হৈতবদি ঐনি
উদবনা পাংদবদি ঐনি
হাপ্পীয়ু নতিক্ নংগী নগুণ
তৌনবা সেবা সাহিত্য মন্দির ইমাগী ॥

কনানা করি হায়বি'গে
তাইবং মী নংনা তৌববো ;
নোকৃনিংলগা নোকৃথোকউ হাঃ হাঃ
কপনিংলগা কপথোকউ ইঃ ইঃ ॥

অইবা

# বাহৈ অনি

ৌলৈজদে থম্মোয়গী থৌনা
য়াওজদে পুক্লিংগী পাঙ্গন্ ;
থোংচদে রাহৈ রাতা
নৌজদে রাঙাং শাঙাং ॥
মীমান্নজদে ময়ামৃগুম্না ঐগী
ইথি থি ফজদবনা ;
থংজদে ভক্তি ব্যবহার
হৈজদে লৈশি লৈথোনৃবা ॥
তমৃবীদে ছৈশক ইমানা
তাকপীরমদে লম্বী ইপানা ;
কপ্পী তুমিন্-তুমিন্না
নোকৃই লোন্না-লোন্না ॥

× × ×

থংদমাল্লে থন্না মুংশিবীয়ু ।
লাল্লে থন্না ঙাকৃপীয়ু ।
তোল্লে থংনা চানবীয়ু ।
লৈতরমাল্লে থংনা পীনবীয়ু ।

× × ×

নিজরি ইকাই ইকাই
হাপ্পীয়ু হরাও-হরাও
লৌজগে নোক্না নোক্না
পেনজগে থম্মোয় ঐগী ।

ননাই

নিলাধ্বজা

# ব্রাখন্‌গী তৌবীমল্‌

'ব্রাখন্‌গী লৈরাং পরেং' ঐগী য়েংবদা ফজবা, তাবদা নুংশিবা, পাবদা নুংঙাইবা, উবদা পাম্বা মথল্‌ মথল্‌ মথেন্‌ মথেন্‌ মচু কয়াগী ব্রহ্মস্থনা পুল্লবা য়েংবগী পেন্‌'ঙম্‌দবা অয়িংবা, অমেংবা নিংথিবা ফজবা গুণ খিবিক্লা তিল্লবা শরতকী নোং-মংদবা শংবানবা অতিয়াদা থোক্‌পা পূর্ণিমাগী য়েংবগী পেন্‌-ঙম্‌দবা থাজগুম্‌ অমদি বসন্তগী লৈশু খিবিক্লা লৈকা ফন্না ফুগাইনা মকারাম্না শাংলক্লবা মতম্‌দা উনা অপুংবা হৈনৌগী মপাল্‌ খোৌরোম্‌ থন্না উম্‌লগা মঙাশুবা পঞ্চম্‌ সুরদা 'কুহু' 'কুহু' খোং-লক্‌পা কোকিল্‌ লাবগী তাবদ তাঙম্‌দবা চেল্‌হৌদ্রবা শৈশক্‌-গুম্‌—মী চিক্লব লমহাং চৌংনুং মানুংদা মথন্ত শরতকী লৈনা থেংলবা অহিংগী তানজাদা খোইথুম্‌লবা থাবল্‌গী ইপোম্‌দা ঈরোইনজুনা লাকপা ত'ম্নাগী তাম্‌ তাম্‌ হায়বা অথাপ্পনগী চৌংগী নাপোম্‌দা য়ৈরকপা উবদা উঙম্‌দবা তাবদা তাঙম্‌দবা নিংঙম-হৌদ্রবা তাম্নাগী ছৈপাল্‌ নত্তে।

থম্মোয় শোক্লা শাওবীগনু
পুক্নিং চংনা নোক্লবীগনু
নোঞ্জরি নুংশিবীনবা ঐনা
কিজৈ ময়াম্‌গী মীনোক্‌

পুক্নিংগী থৌইন্‌শিন্না মফম্‌ মতম্‌ তানজা ইচা-চাদনা মিং নাকোং খোং খুৎনা উরুবা তারুবা শোক্‌লু থেংলুবা ঐগী

ন্নাখন্‌গী কবিতা ছৈরেং থর তাল্ লয় সুর মহাও মনম্ মচু ইয়াওমক্ হেক য়াওদবমখৈ হুমাং তানা পংরাদি রাদনা কম্না ইজরুরে। হন্না হন্না ইতোমতা অঙাওবদোনা কনা থংহন্ উহন্দনা লোন্না তুমিন তুমিন পাই, য়েংই। 'শেম্-শেম্ য়োংমাল্লি' হায়গুম্না পার-পার য়েংল-য়েংল অস্থুম্ অস্থুম্ ফজরকতরে, কুইর-কুইর থিজিল্লকলে থম্মোয়না তন্‌শিল্লক্লে পুক্লিং খোই-দারক্তে—পুথোক্‌পদা মী' মমাংদা ফজররোই, মীমান্নররোই ময়ামগুম্না; মী পোং খংদবগী খংদবা, উদবগী উদ্দবা, অস্থুম্ তুমিন্না লোন্না (ঈয়াইদা লোৎপা মনিনা মীনা থংবীদনা অরেম্ব-দা ঙানবগুম, অমুকস্থু নারক্ত শাৎপা লৈরাংনা থংবী উবী-দনা অরেম্বদা শাৎতুনা মাংবগুম্) মাংহল্লগে থল্লক্লে। অঙ্গবু হোৎনরুবগী অরাবা খল্লুবদা অমুক্‌স্থু নিংঙমমকতরে—হস্থরকপা রাখনদি ঈশিং চোৎতনা মান ফংঙম্‌গদরা ? তিংখং মুদনা লৈরাং হেক্' ঙম্‌গদরা ? অরেম্বনি রাদনা হুংঙাইবা লৈতে, চাদনা থনবা হৌনদে। রাখন্ অসি খল্লতুনা ইকাই খুম্নবগী মশক্ ওইরবা ওজা ইবুংঙোগী মফমদা ইকাই-ইকাই, নোকমি নোক্‌মি, কিথি-কিরুম্, কোম্ কোম্ পাই'তুনা চিংনিং-চিংনিং চংজরে।

"অয়ান্‌বদি ফজদবা থিবিক্
অথিবদি অশোইবা 'পুম্বা
নিজরি ঙাক্‌পীনবা ঐনা
হায়জরি ময়ামদা নোল্লুক্না"

হুংঙাইবদি অইবা খুৎই ঐগী ওজানা তরাম্ তয়াম্ হুং-শিনা ওক্‌পীরগা হরাও-হরাও চেজেৎনা পাইবীতুনা থোজাল্-

বীরে। হন্না হন্না অয়ুক্ লুংথিল ভুম্বা হিগ্না চাবা থিদনা পাবীহুনা অরান্ অহুই অথিবনা ফজবদা, রাৎলম্বনা হাপ-চিন, হেন্‌লম্বনা লোথোক্, তেল্লম্বনা শাংহন, শাংলম্বনা তেলহন মক্কম্ মত্তাং চানা অনেম্ অরাং অচো পিশক্ চাং মাম্নবা ফজনা নিংথিনা য়ারিবমথৈ ঙমজিবমথৈ শেম্‌তোক্ শেম্জিনবীহুনা হন্না শিন্থোক্‌তুনা ভাকপিরে ঐগীনি হায়বা থম্মোইগী পুক্নিংগী রাথনগী রাহৈ রাতাবু ইয়াও য়াওদরে হায়বদা হায়মনবা থোক-লোই অহুবু হোৎনজমনগী মহৈদি থক্সিকতং ফংনবা হায়হুনা নোঙনা ঐনা লাইরিক্কী মপূ ওইজরি।

"লোৎপনি উদনবা চেংলো 'সে—ভুম্বিন্না
ঙাংদবনি তাদনবা খোঞ্জেল্ 'সে—লাওনা
চৎপনি থংদনবা শকতম্ 'সে—কোইনা
য়েংদবনি মীৎনা ভাদবনি না-না"

ময়াম্' মমাংদা ফোংদোক্লবা সাহিত্য লৈকোন্দা থাবীনবা হোৎনবদা রাথন্' মৈশা লাংবীখ্রে। হক্‌চাংগী অন্নাবা থাংবীখ্রে! লুংশিবীবদি অসি পুন্নমক্ অন্না অনা থাংবীহুনা ময়াম্ মমাংদা ফোংদোক্পীরে সাহিত্য মন্দির ইমাগী লৈকোন্দা থাবীরে। হন্নাওবগী ঙমথৈ লৈত্তরে! মুংঙাইবগী মপাল্ নাইদরে!! ঐনা হায়নিংই মম্‌হুনা লৈরুরবা লৈচিন্ নোংকাইনা ফুপ্‌লুরবা মশেক্ মঙাল্ থোক্‌লুরবা থাজ ঙসিদি তরং-তরং তশেং-তশেংনা উবা ফংলে—শিগ্রবা মচাবু মমানা অমুক্ নৌহোনা মঙম্পাক্তা পম্‌বা কংজবগুম্ হন্নাওবনা থম্মোয় অসি তনিক্

তনিক্লে মুংঙাইবনা পুক্নিং অসি মখোল্ থোক্তনা মরোল্ লোনৃগ-দোরে, মুংশিং শিংতনা উনা লেংগদোরে। ওইথোক্তবদি ওইদবনা করিগুম্বা মুংশিং শিংতনা উনা লেংবা থোকলম্লবদি উপাল্ অতুগী উনা অতু ময়ামৃগা মাম্লদরে ; শোইদনমক্কী লাইরা তিল্লা অমদি ওইরম্বা য়াই। লাই ওইরম্লবদি লাইচুদনবা লাইগা থেংনবা য়াদবা তাইবংমী ঐখোয়দি হান্না মাংজোননা চেক্শিনহৌবনা চুমই। হোন্দোক্লুবা স্বরগী হোনৃজিল্লকপদা অরাবদি করিনা ওজাগী লম্মন্ শিংগদবনো—করিনা ওজানা পেনবীগদবনো থংদবদি ঐনা উজদে! অসি হায় হায়তুনসু—ইমতুম্ ওইনমক, লৈজদে করিস্সু ঐগীনি হায়বা নত্তনা ফোংদোক্পা মুংঙাইজবা থম্মোয়গী ঈপাও!

[ ঐগীদমক্তদি ]

> "হায়তুনা কাম্লরোই ভমৃতুনা লোইরোই
> রাখনৃগী সমুদ্রনি থৌজালৃগী পুক্কেনি
> —সুরুদি মমৃলবা লম্বী অহিংদা
> মঙাল্ মুংশিবগী নোংথাং কুপ্পীরি"

করিস্সু লৈজদে হায়জগদবা নিজগদবা নফম্দদি ; হে থৌজাল হৈরবা, তাইবংগীদি মপু! তোল্লবদি কনাস্সু লৈজদ্রবা ঐহাক্না নিজগদবা! শাংলবা পুন্সি থোংচৎকী লম্বী লম্শাংদা লুংতি লুমিৎ থুদিংগী ঙাইহাক্ ঙাইহাকৃতং, মীকুপ অম-মমতং ওইরবস্সু ওজাবু নিংশিংজবা ঙম্লবা থম্বা নাইদবা পুক্নিংগী পাঙ্গন শক্তি পীনবীবা অতুগা পূন্সিগী মুংঙাইবা—অমনা ওজানস্সু

ঐবু মতম কুইনা কাওরীদবা হায়না ঈশ্বরগী থুয়া থাদা
'থুং তরা লোয়নবা প্রার্থনা তৌজরি

"ইনুক্সগে 'য়াথং নংগী
হিতোক্‌লোই কোঙোই নংগী
শিজিন্নরীয়ু ভকচাং সৈতুম্‌ 'সে
লেংদনা তুম্‌ঝিনি ঈরোম্নুংদা।"

ইতি--
তাং ১০।৭।৬৯ ইং

—অইবা

# হিরম লামায়

হিরম লামায়

# বাখলগী

# লৈরাং-পরেং

## খুরুমজ্জরি

অহিংগী অমম্বা কোক্খ্রে
নোং ঙালশে হৌগৎলে !
কোয়ৌ মশেক্ ফাওরক্লে
নোংপোক্ চীংয়া ঙান্থোরক্লে।
উচেক্ য়া-য়া য়াহৌরক্লে
শ্বরগী খোম্থাং য়ৈরক্লে ।
ত'ইবং ইনিল নাইরক্লে
খোঞ্জেলগী ঈথক্ হৌরক্লে ।
লৈরাং মপৈ শাৎকাইরক্লে
খোইমু শঙ্গ পাইরক্লে ।
লিরি মালং থোংদোইরক্লে
লৈনা-লৈমা হুমলক্লে ;
হৈনম্ লৈনম্ পুত্থনা
তাইবং লৈকোল্লুং ফাও'না ॥
হোৌয়ো হোৌয়ো থোক্লো মিকপ্

তুমত্নুনা লৈরিবা তাইবংশা !
কোরৌ থোংচৎ লানৃখ্রগা
য়াথন্ নুংশুক্ নুংঙ্জাননি ।
পুক্লিং য়েন্নীং হুল্লোই
নিংজবা আশা কাইগনি ।
থন্জবা লম্বী তেন্গনি
পুন্সিগী নিংঙম্দবা লাক্কনি ।

হে অয়ুক্কী লাইরেম্বী-ও !
হৈরাং লৈরাংগী ঈমাইদা
খুরু খুদক্ কুন লৈতানা
খুরুমজরি জগৎকীদি মপু ও !!
পীনবীয়ু থৌজালদি নংগী
ঙম্জবা ঙসিগুম্না হয়েংসু ;
উজবা নশক্ নংগী
শক্চবা নগুণ নংগী ॥

---

## উরি

অন্নাবা মাগী শক্তম্
নুংঙাইত্তবা মাগী য়াথন্
য়েংজনিংদে ইমিৎ'সিনা পেন্না
তাজনিংদে ইনা'সিনা মুন্না ।

অঙাওবগী নোকনিংবা রাহৈ,
অঙাংগী য়েংনিংবা কুম্মৈ,
তানিংই রাহৈদো নোক্না
য়েংনিংই কুম্মৈদো হরাওনা।
য়েক্লবা মাগী মরাহৈ,
কাক্কী অয়াকপা খোঙ্গেল,
মুংশিবা মাগী মাইথোং,
কোকিলগী মুংশিবা মুর
তানিংদে উনিংদবা মাগী
য়ারা কোলোয় মপাও ;
উজনিংই তাজনিংই থম্মোয়না
মিতারুবা ঐগী রাখল্লা।
মুংঙাইবা মাগী ছৈখোন্,
লায়রবা মাগী তেংথাখোল্,
হরাওবগী মীনোক্—,
অরাবগী পিরাং—,
ভুরেনগী লেপ্‌ত' ঈচেল্,
পুখ্রিগী লেংদ' ঈশিং,
থাজগী অইংবা মঙাল,
কোরৌগী অশাবা মৈশা
ভরে থংলে ঐখোয় 'পুম্বা।
থাইরি তাইবং মালং পান্দা
অরাবা মুংঙাইবা মাম্নদনা

ক্জবা অখিবা খেন্নবা
লায়রবা ঈনাকৃথুনবা ভিন্নদবা ।
মথন মচুগী রসনা য়োন্নবা
থংবগী লোইবা নাইদবা
য়েংবগী পেন্‌বা লৈতবা
নহাক্না শেম্‌বা জগৎতা
উরি অচৌ পিশক
অনেম অরাং কয়া ।

---

## মেরাগী দৃশ্য

উরুবদা মেরাগী দৃশ্য
পুক্লিং খোইরাং খোইশাওনৈ,
রাখন্‌ মুংশক্‌ মুংজানৈ ।
হৌফম থংদবা অপাকপা
লোইফম লৈতবা অশাংবা
শংবানবা অরাংবা অভিরাদা
নিংঙাইদনা পাইরিবা লৈচিন্না
তাইবং পুক্লিং মুংঙোল্‌হল্লী ।
থম্মোয় ঈরাং হৌহল্লি ।
ওন্‌থিবা লম্‌দম্‌দা
য়েংখিবা মাইক্কেদা
মীৎয়েংগী পোইরেদা

হৌরিবা উপাল রাপাল্ কয়ানা
লেপলি ভুমিন-ভুমিন্না
ঈচিক চিকহল্লি মালেমসে
ইতন্ তুলহল্লি তাইবংসে।
চেপ্লপ্না পিরকপা কোরৌগী
মঙালদা তাইবং হক্চাং পুম্বা
লুপশিন্দুনা অশাবা অইংবা
মঙালদা মালেম্থক্তে কম্থুনা য়াইজরি।
শুমলে তাইবং কয়া
তুম্হল্লে মপুগী তম্পাক্তা
মংলুরে মং কয়া
চৎলুরে মকম কয়াদা।
হৌখিবা মমাংগী সুংঙাইবা,
অরাবা খিবিক নিংশিংথুনা
মাইকৈ মরি লৈনা য়েংলগা
কনানা নিংঙম্দবা মাইথোংনা
পিরাং চোৎনা শিস্থনা
সুংঙাইতবা ছৈরোন্ শকলি।
অঙকপনি নিংথিবনি ফজবনি অরাবনি
উরিবা তারিবা পাইরিবা চোল্লিবা!
উরুবা ঐনা তারুবা মানা
নিংশিংদবা ঙমদে থলদবা ঙমদে
তৌবদি ঙম্বা মপু মাবুদি।

# খুংবিরোই

কনানা খংবীরোই অরাবা
কনানা উবীরোই হুংঙাইতবা
খাংই রানা থম্মোয়না
লেল্লি পুন্সি নিংঙমদনা।
কংদে নোংমতসু অরাবগী পিরাং
লেপ্তে নোংমতসু নিংঙম্দবগী ঈচেল্
চৎলে চৎনা কম্লে কম্না
লোই উহৈদবা অঙাওবগী শকতম
পুই য়েংহৈদবা চিন্তাগী পোৎলুম্।
য়াদে খনুগনু রাখল্লা
য়াদে রাগনু পুক্লিংনা ;
খল্লুদেনে অচুম্ অরান্
নিংশিংদেনে অক ফৎত
চাই খকুই অফংবা
ওইনে পুন্সি লাইমন।
অরেম্বনি বসন্ত লৈরাং
য়েংজনিংদে ইমিৎসিনা ;
অরেম্বনি কোকিল সুর
তাজনিংদে ইনাকোংসিনা।
ঐনা রাবা উরগা
নংনা কপ্পা তারগা
মূনা-মূনা য়েংই মানা

নোক্‌ই ভুমিন্‌ ভুমিন্না সমাজনা।
অৱাবা পুন্সি মপোক্‌নি
লাইর শীংদা চন্‌বনি,
ভাইবং কুম্মৈ ওইনবা
লৈকাই ৱারী শানবা
থারক্‌পনি ঈশ্বরনা তাইবংদা।
লেল্লু ৱানা-ৱানা
থাংউ কপ্‌না কপ্‌না
হায়দ্রিক্কাও পুন্সি’সিনা
বিদাই বিদাই সংসারদগী।

---

## নুংঙাইবস্তু লাইরবস্তু

করিগী পোক্‌লম্মী তাইবংদা
লাইর’ মপোক্তু—
করিগী য়াওহল্‌লম্মী
মাজেম্‌ শেম্বা ?
নোক্‌পরা উরগা
নুংঙাইবরা তারগা
অৱাবা মাগী শক্‌ক্ষম্‌
নুংঙাইতবা মাগী খোঞ্জেল্‌ ?
শেমজুনা শেম্নবদি চপ্‌ মান্না

অতুম্মক্ অতুম্ শেম্মীরম্মু
করিগী অমুক্ খাইরি
অচৌ-পিশক্ অনেম্ অরাং
লাইর' ঈনাক্থুনবা, অরৈবা লৈভবা ?
নোক্লি থম্মোয় থুম্না হরাওনা
কপ্লি থম্মোয় কাইনা রানা
সুংঙাই' কোন্দা পোক্চবী
লাইর' শংদা চাওজবী
শিংঙেল লৈরাং কয়ানা।
তারেদো মহাক্কী রাঙাং
উরেদো মহাক্কী শক্তম্
খল্লকলেদো ঐগী থম্মোয়না
নিংশিংলক্লেদো ঐগী রাখল্না
থাইমালে নংনা অচান্-অরাই
নাইমালে নংনা মীচং সঙ্গন ?
শক্উদবা নংগী অঙক্পা অকিবা
মথন্ মথেন্ মায়াগী তাইবংদা
অমম্ অঙান্ অনিদা শাম্নরিবা
তাইবং মেলাগী কুম্মৈবু লোম্না
অমম্বদগী থুপ্না য়েংলগা
নোকপরা হরাওনা নহাক্না ?
চাদি চানিং লৈত্তি লৈত্ত
রানা রানা থাংজবা

লোম্না লোম্না কপ্‌চবা
খংবীরোই উবীরোই কনানা।
লৈত্তে হায়রগা হেল্লীদো
খাম্বী মৈশা লাংজবা
তিন্‌জনিংদেদে ভাইবং মীরক্
থোকহনজনিংদেনে সমাজ হরাও কুমৈ
লৈত্তে হায়বা রাখল্লা
খম্মোয় সুংশুক্ সুংজানা
মাইথোং ইমক্ মক্‌শিন্
কণ্ডাও শিংদ চল্লীবীনি।
কপ্পা খম্মোয় শোক্লা
খাংউ ব্রানা ব্রানা
শিন্থৌ পিরাং লোম্না
যেংউ সুংঙাইবা মাগী মজৌ।
কাওগন্নু নিংশিংউ রাদনবা
সুংঙাইবসু লাইরবসু ঐখোয় পুম্বা
হায়গনি সংসার বিদায়
চৎকনি জম্বী অমত্তুদা।

---

# পাংলুরো তাইবং শিক্ষা

চৎলো চৎসি, থাপ্না অরাপ্পদা
খোংকাপ লাওনা কান্দুনা পন্থুংফমদা ॥
শাংলবা লম্বীগী, ওম্লবা চীংদোনৃনি
অরাবা খোংচৎকী, মম্লবা খোংথাংনি ॥
লেপত্তুনা য়েংবা, নংদি ময়াইদা
কমত্তুনা লৈবা, মাদি মথোংদা ;
উরোই স্বর্গগী, ফজবা পারিজাত
থংলোই সুংশিবা, লৈগী মনম্ ॥
উরগা মশক্ পেন্‌গনি থম্মোয় নংগী
তারগা মনম্ ইংগনি রাথন্ নংগী ॥
রাথনবু চুম্লবদি, পাঙনবু লেপ্ত্রবদি
য়োগনি লমদম্‌দো, উগনি চেংলৌদো ॥
ছোরো ছোরো, তাইবং যাত্রিক পুম্বা
পাংলুরো তাইবং শিক্ষঃ পোকপগী মহৈ য়াম্লবা

---

# নহাক্কী

জগৎপু শেম্বীবা
মালেমবু শাবীবা
বিশ্ব মোহিনীগী শকতম লৌরিবা
হে মায়া' রূপী !

নহাক্কী অথোংপা ব্লাঙাং
নহাক্কী ফজবা মায়থোং
নহাক্কী মোমোন্ মীনোক্
নহাক্কী মিৎতা শাবান্না
পান্নবদা মহাক অদো
শাদে কালেন্গী ˙ মুংশা
ইংদে নিংথম্থাগী মুংশিৎ
তাদে মালেমথক্তা রাকচিংগী উন্
ফাওদে হকচাংদা অরাবা মুংঙাইতবা
চৎলি অশোংবা নারক্
অমংবা উমং রামং
কিদে তম্থিরবা শা-কৈ।
নহাক্কী মুংশি মীনোক্তা
নহাক্কী মুংশিল জালদা
চহি কোটি কোটি চংনা
শাগৎলবা অরুংবা ফজবা
ম্নিৎথক্রবা ফুরা দলান
থুৎশেম কয়া কয়া
মিৎনা কুপ্পদা মচেৎ মচেৎ
কাইহন্দুনা লৈমাইথক্তা
উফুল্গী মপৈ ওল্হন্দুনা
লৈকংলাগী মশক্ ওইহল্লি।
অশোংবা নারক্ উরক্

য়েংবদা লৈঙম্নবা মকম্
তাবদা তাঙম্নবা খোঞ্জেল
ওইহল্লি নুংঙাইবা কোম্নুং
তাহল্লি হয়াওবা সুর।
জগৎপু ভুম্হনগে তাকহনগে
মালেমবু ফজহনগে নিংথিহনগে
হরাওহনগে নুংঙাইহনগে ঙম্বা
মায়া হৈবী নহ'ক্কী
মিৎয়েংগী তোর্বান্দা শাৎলবা
নহাক্কী নুংশি খোংবান্দা
তাংহনা লৈয়বা তাইবংনি।

---

# কদায় নংদি ঙসিদি

পুন্সিগী অহানবা
নুংশি ঈহৌরকপদা
খেংনথিবা নংবু
কৎথোক্‌খিবা থম্মোয়
চিল্লোক্কখিবা থম্মোয় অক্নাদা
য়াশক্কখিবা অমত্তা ওইনা
কদাই নংদি ঙসিদি ?
হায়খিবদাই নোংমসু, থাবলনা,
ঈপোম্ হৌরবা মালংদা,

লান্‌মিন্নসি তাইবং ঈপাক ;
নোরেল খুৎতা পাইত্নরা
লাঃজগে হিমাই চুমজগে
য়োদ্রিকাও' পন্‌থুংফম্‌দো
কদাই নংদি ঙাসদি ?

করি থোকলে 'সিদি
পাক্লবা মায়া ঈপাক্তা
নোরেল খুৎতা পাইত্নরা
মায়াগী হিদা তোংত্নরা
য়োনিংবা পন্‌থুংফম য়োগে
চংনিংবা মাইকৈ চৎকে খল্লুবদি
তাইবং ঈয়াইদা ঈরাক্লরেদো
কদাই নংদি ঙসিদি ?

নিংঙমদ্রবা থম্মো'য়না
পোলেপফম থংদবা রাখন্না
হোনসি হায়র হোনঙমদ
হনসি হায়র হনঙমদ
তাইবং ঈপাকথক 'সিদা
কনা থংদ উদনা
পু'ন্স অসি অরেম্বদা কেমলেদো
কদাই নংদি ঙসিদি ?
পাক্লবা সমুদ্র থোংবান্দ
শান্নবা লৈঙোই'থক্তা লেপ্লগা

মিৎস্না অনি নিংথিবী
মূনা মূনা য়েংলগা পেললোকো ;
থংলম্লবদি করিগুম্বা
লাল্লমলোইদবনি ঈপাকতো
থারমলোইদবনি নৌরেল লাইজথক্তা
কদাই নংদি ঙসিদি ?
থংলে থংলে মায়াহৈবী !
নংগী মায়াগী শকতমদা
শুমহৎভুনা পোলেপকম
থংজ্রবা লমক্ষাংলবা য়াথল্লা
লুপভুনা লৈরুরবা তাইবং ঐনি ;
থংঙেদো হৌক্তিকতি
উরেদো ইমিৎসিংথিংনা
তারেদো ইনাসিংমুন্না
চৎলয়োইদো লম্বীদো নৌনা
উরয়োইদে শকতমদো অমুকহন্না।

---

# তুরেল

অরাংবা চীংথক্তুগী পিক্রবা
খোংলম ময়াম্না পুলপ
তিম্নহুনা অমম্ভা ওইবগী

লিংজেল লৈবা উৎতুনা
মপুগী নিংথিবা তম্পাক্তা
অরাংবা মফমদগী অনেম্বা লমদমদা
থেক্তা খোইনা চেন্দুনা
তুরেন্না তাইবং ঐখোয়দা
পুন্সি খোদাং উৎাপরি।
নোংমতম্‌ কনা অমগা
রারী-তুনা মতম মাংহনদে।
তোর্বানগী থেক খোইরবা ঈচেলদা
সুংশি ঈহৌরকপা শাবী শানৌশিংগী
চেংহি শম্বান লাংতুনা
সুংশি রারী শামিন্নরগা
কাইদ কাইদ নোকমিন্নবা;
তোর্বান থকী অমম্বা পোকপা মমাগী
মচ কাইনবগী অরাবা
মিৎলু আনগী পিরাংনা
চোৎলবা নিংঙমদবা তেংথাখোল
তানা-তানা য়েংনা-য়েংনা
হন্না ফাও' য়েংলমদনা
চেল্লি লেপ্পা কৌবা নাইদনা।
কনাগীসু মাংনবা তৌদে
কনাগসু থৎন চৈনদে;
অখিবসু ক্কজবসু চংজরকপা

মীবু হরাওনা তুংশিনা
কোকহল্লি অরাম খোরাংবা।
কালেনগী শারবা তুংশানা
মালেম থক্তু লৈবা ঙমত্রবদা
চানবী হৈবা পীন হৈবা
নহাক্কী অথুপ অকোঙ্ লৈত্রবা
তোর্ব্বানগী পাক্লবা ঈয়াইদা.
তুপী অঙাং অহল নহা
শন ব্রাহ্মণ থাক্তনা
জাতি বিজাতি নাইদনা
তুংঙাইবা অইংবা লাইক্ত পিবীত্নুনা
হরাওনা চেন চোংতুনা শান্নবগী খোঙ্গেনুনা
লোইরোই ঙমথবা তোর্ব্বান অনিদা
খোম্থাং য়েত্নুনা ইনিল নিল্লি
কনাগী অথিবা রাহৈ
কনাগী ফজবা রাঙাং
ভমথোকতে হায়দোকতে কনাদম্ভ
উৎতে তুংঙাইতবা শাওনিংবা শকফম।
পুকচেল চাওবা রাখল চেৎপা
ধর্ম্ম চেনবা শান্তি লৈবা ঈচেলনি।
লেপতনা চেনখ্রো ঈচেঙ্গ
পন্দনা থুংখ্রো পল্লুং
ভমবীরমমো অউবা থুদিংদা

ভাকপীরম্লো খতাবা মীপুমদা
ধর্ম্মগী মপাও শান্তিগী ঈচেল।

---

## ঙমলোই

নচাগী নুংঙাইনবা শনবদা
থম্মোয় 'পুম্বা কংথোকপা
নোপতে চাংদমনবদা ইমা
মালেম পৃথিবীগস্-:হল্লী
ইমানা লূম্বা, ফজব ।

কৌজগে থম্মোয় পেম্মা
ইমা! ইমা!! নুংশিবী!!!
শকচংগ নুংশি চৈশক্
থম্মোয়গী মেংলবা ভারদা।

নগাবু চাওনবা য়োকপদা
তম্বাবদা থোক্লবা মরোল
নংগ্রবনি ইঙ ইঙেন নোং,
কালেনগী নুংশা, নিংথমগী অম্রিংবা।

নোংমতস্সু হায়দে রাই,
নোংমতস্সু শোনদে ঙমদে,
নচাগী নুংশিবগী প্রেম্মা
থল্লবা থম্মোয়গী লকাংনুংদা।

উজ্জয়গা নচাগী মাইথোং
য়েংজে পেন্না-পেন্না ;
নোকচৈ থম্মোয় পেন্না
ইমাগী হুংঙাইবগী আশাকোন্দা।

মপাল নাইদবা সমুদ্রনি
লোইবা ঙমলোই লিত্থনা
হুংশি ছৈশক হুংশি
ছৈগম ইমাগী তাইবংদা।

---

## তাইবং খোংচৎ

কনানো অথোবা !
পাক্লা মাইকৈ মরি
শিনবা থুংনা শন্দোকখিবা
সমুদ্রগী খোংবান্দা
নমিৎ মিৎক্ষম হোংদনা
নথোং অনি লেংদনা
লৈঙোইথক্ত য়াস্থ ভাংদনা
নতোমতা কনা থংদ-উদনা
অচিকপদা মরূপ-মপাং কনা'য়াওদনা
শুক্লা মমূলবা অহিংদা
য়াখন্ থন্জানরিবা নংবো ?

অমথুংফম্ লৈতবা তাইবং ঈপাকৃনি
পোৎথাক্ষম্ লৈতবা তাইবং ঈচেল্নি
চংজক্ষম্ লৈতবা তাইবং নারকৃনি
শান্তি লৈতবা তাইবং ফম্বাকৃনি
কৌগদরনে নংবু ধৌনা ক্ষবা
শোম্নগদরনে তাইবং মীয়াম্না
নিংশিংনগদরনে মীপুম-ত্তিংনা
লাম্লগা ঈশিংগী অপাকপা ঈপাকতো ?

নত্তে-নত্তে মতুনা নংবু
কৌগদবা ঈশ্বরগী মচা যীশু খৃষ্ট ;
তানগদবা নত্তে মতম চুপ্পদা
তুমিৎ থাগুম্না মালেমদা ;
থোক্লগদবা নত্তে লেংদনা
তগুপ তরংনা তাল্লিবা
থন্নানমিচাকক্ষুম্না অমমবদা ;
লেপকদবা নত্তে অমর চীংগুম্না
উগদবা নত্তে অক্ষ-ক্ষৎত ময়ামগী।

অমমবা পুন্সি থোংচৎনি
উদবা লম্বী লমশাংনি
অতানবা তাক্ত চৎলগা
থোইনা হেন্না তুংতাইতে ;
অশুক্ষপদা ওম্না চৎলগা
অতুক হাক্না ৱারুদে।

# হরাওজহৌ

কনা অমনা মিপাইনরে
কনা অমনা হরাওনরে
উবদা মপৈ-মপৈ
মুশুক্-মুশুক্ মুন'
শংবান্নবা লোই'থম নাইদবা
অহাংবা অতিয়াদা নিংভাইদনা পাইরিবা
অমুবা লেচিনগী মপৈ।
ছুমলক্লে খোংয়াংবী মালং
মথক্-মথা নোংপোক-নোংচুপ
শিন' থুংলে অতিয়া মকোক
ইমম্ মমাশিল্লকলে মালেম্সে
ইশুক্ শুকশিল্লক্লে তাইবংসে
তারক্লে লৈমাইথক্ত তপ্-তপ্
য়ৈরক্লে উনা'থক্ত পোপ-পোপ্
হৈথরকলে খুম'থক্ত জম্-জম্
নিংলে পুমনিল জয়ধ্বনিনা।
ইভো ভোরংলে মালেম্'থক্সে
থললে পাং-পুখ্রি খোংবাল চোম্না
লংলে লবুক-লোয়া লাইজনা;
য়েংথি-য়েংথিবা মফমদা
ওনথি ওনথিবা লমদমদা

ইফদা ফজগ্রে মিৎয়েংসে
ইনৌতা নৌগ্রে পুক্লিংসে।
হরাওজরে নোংগৌবী চেক্লা
থম্মোয় অনি শোক্লা
ফমলে পুক্লিং লৈত্তানা
রাশ্নাগী কৈরাথক্ত নোক্লা
থকলে পুক্লিং পেন্না
লিংথরকলিবা লাইজ উনাথক্তগী।
থম্মোয় পিরাংনরুরবা
রাখন্ লমফাংনরুরবা
লাইজথক্কী লৈরাং থরো
হৌজিক্কি পুক্লং মকা লাম্লে
শারকলে জগোয় হ'য়না ছুম্না
থাজ পুক্লিং মিত্তাজনা
থাবলগী ইপোম্ মরক্ত;
উক্লবদা মাইথোং থরোগী
ইকাইজরে থাজ লোৎচরে লৈচিল্লক্ত,
হুমলকলে পাওজেল্ হেৰী মালং
লৈরাং লৈকাদা
হায়রকলে তাম্না মানবী সুরদা
শাজহো জগোয় লৈনা-লৈনা
থাজ মানা নোংচুপ চীংয়া থাংখ্রগা

কোয়ৌ মৈশা লাংগনি
শীংঙেল অমুক্ নোকপা ফংলোই ।

---

## খোগংনরবা পৃথিবী মাতা

কংলে-কংলে মালেম পুম্বা
লৈভরে ঈশিং লৈক্রক্ চৎলে,
লৈভরে অইংবা অচোৎপা মকম্
লবুক্ লমূহাং পাৎ-পুখ্রি খোংবাল্ ।
পোমদরে থম্বাল লাইজথক্ত
শাৎতরে থরে' পাৎ'য়াইদা
ঙংখিদরে খোইমু লৈরাং লৈকাদা
চিলোক্লদরে শীংঙেল নাপদ' ;
পাইরকতরে ভানু থঙ্গোং পরেং
চাক্তায়দরে উরোক শঙ্গু ।
হৌখিদরে নাপী মালেমথক্ত
শাৎখিদরে লৈরাং লৈপান্দা
পানথিদরে উহৈ হৈপান্দ
হুনখিদরে য়েন্নীং অনৌবা
কাইদোংখিদরে পোম্বী-চেক্রা উকৈদা
চিলোক্লদরে অমক্তা ওইনা ।
কংশিল্লকলে উপাল্-ব্লাপল্'পুম্বা

হৌগদৌরে মৈ অকংবা উনা-ৱানা
চাক্কদৌরে মহাপ্রলয়গী মৈ
ওনথিগদৌরে উৎকী মরুভুমি।
ৱারে-ৱারে মালেম লৈমা
খৌগংনরে ঈশিং-ঈশিং,
অমৃত থোকত্রবা পলেম্গী
থক্পা ফংত্রবা নারাগী
শক্ফম য়েংঙম্দরে উহৈদরে।
মহী মনাই য়াওত্রবা মালেম্গী
উপাল্ ৱাপল্ শিরুম নারুমলে;
মচাগী মতৌ য়েংবা ঙমত্রবা
মমাগী কাইরবা থম্মোয়গী
'হুংগী অরাবা থোরক্কদৌরে।
তাইবংগী খোল্লাও, শাগী খোঞ্জেল
মাষ্টকৈ তরা শিনৃবা থুংত্রে;
খোৱাংবগী মিকপ মিরাওখোল্লা
লৈবাক্ লৈমা চেক্খাইগদৌরে।
ৱাশাগী ফৈরা কংশিল্লকপে
নোংগৌবী খোঞ্জেল্ শিঙ্গরকপে
তাগদৌরে মালেমথক্ত লৈনা;
তারক্লোগবা মপু নংগী লাইজ
চোৎহল্লোগবা মালেম্ নোমসে

পাংহনবীরো ইমা মমিৎ মমাই
হৌদোক্পীরো ভুম্লুরবা নচা ময়াম্

---

## হে নুংশিবা

হে নুংশিবা !
কল্লিদা নহাক্কী লিচিং
লৈতে ঙমদবা
নহাক্কী লাংদা থুরবা মহাক্তো
কদাইদগী কনানা নঙোন্দা
করম্না পিরম্বগে ?
শারবা কালেমগী নুংশা
ইংলবা য়াকৃচিংগী উল্লেন্
শাদে ইংদে দেহেদা
অহোইনচুম্ নুংঙাইহল্লি থম্মোয়দা।
শোংলবা উমং চৎলি
করিস্নু য়াঙদনা খুৎতা খুৎলাই
ক্কিদে কনাবুস্নু মহাক্না
লৈরম্সম্নু শা-কৈ, হীংচাবা
উৎকনি নুপা থৌদাং
করিস্নু নিংহন্নবোই পুক্লিংনা।
কাইনহল্লি নুংদগী নুংশিরবা

মায়েমদা অনি ওত্রবা
ইমা-ইপা, ঈচিন-ঈনাও
তুংশিনদে শাগৈ-নাইন্তে।
য়েংথিনৈ অমপা-অমগা
হাৎনৈ-ভুনৈ ৱাখল লৈতবা
পা-ঙাগী পুক্সিগুম
খম্নুবে ঐদি মীনি।
থংলে থংলে মংদি
মায়া পুৱগী মপুনি ;
জগৎপু শেম্বীবা
মালেমবু শাগীবা
তুম্হনগে ভাকহনগে ঙম্বা
হে মুংশিবা !

---

## অবাবনি নং য়াওদ্রবা পুন্সি

নং য়াওদ্রবা পুন্সিংসে ঐখী
অরেম্বনি, অরেম্বনি করিম্বু কান্নদ্রবা ;
মঙাল্ থোকতবা থাঙুমলে,
নৈমশা লাংদবা তুম্মিৎকুমলে।
ইহাং হাংলে অশোংবা নাক্রক্
ইমম্ মম্লে অয়ুক তুংথিল

পামদরে পারিজাৎ সুংশিদরে কেটুকী
য়েংনিংদরে কোকিল তানিংদরে ভাম্না ;
মেরাগী থাবল্ বসন্ত লৈরাং
থাই-থাই, পাম্দে-পাম্দে
খোইদাদে-খোইদাদে থম্মোয়না ঐগী ।
অরা-সুংঙাই পুন্সি ঈচেল্দা
থম্মোয় অনি চিল্লোক্না অমত্তা ওই
খুজেং অনি পাললোইন ঈচেল্দা
তাওথমিন্নবা মিৎয়েং অনি পুন্ন ।
অরাবা পুন্সিগী সুংঙাইবা ঈপাক্তু
অমৃতগী অথুম্বা ঈরিক অমত্তং
লৈজবা নংগী থকৃমিন্নবা ঐগা
কাওমিন্নব অরা-অনা খিবিক্ ।
লানুঙম্লোই, লানুঙম্লোই ঈপাক্
য়াওদরে, য়াওদরে নৌ হিমাই চুম্নব ;
চৎঙম্লোই, চৎঙম্লোই কালেনগী সুংশা
লাংদরে, লাংদরে উরুম্ উপাল্গী ।
অমমৃবা পুন্সিগী তাইবং লম্বীদ
মঙাল্গী খোংফম পিতুনা নোক্না
তাওথরিবনি ঈচেলদা হৃ ওই নংনা
থকতুনা সুংশিবগী ঈরিক্ ’মতং
লাম্নরিবনি ঈপাক্ থুংনারবনি পম্বেং ।

---

# য়েংজহৌ ভুরিভৈঙদা পেন্না

মেরাগী থাবল্—
ঈচিক্ চিকথ্রে মক্ষম্ খুদিং
ইঙৌ ঙৌথ্রে য়ে খিবা লম্দম্
ইনৌতা নৌরে থম্মোয় সে।
গুল্লু-গুল্লুবা মাইকৈদা
থেংলু-থেংলুবা মক্ষমদা
নিংশিংলকৃলে হৌখিবা মমাংথাগী
পুন্সি য়ারী কয়া ;
:হৌরকলে য়াখনু ঈপোম্
কারকৃলে ঈথক্ থম্মোয়দা
থেংলরে পুক্লিং' তোর্কবান্দ
ঙৈয়রে খোঙ্গেল খোক্লা।
য়ারকৃলে থম্মোয়না উরুবদা
ঙাইহাকৃথকী লৈচিন মপৈ
শাম্নরিবা নোংমদোনথকী লীলা
উৎলিবা মায়া ঙাইবং ঐথোয়দা।
ঙাল্লি থাজনা লংনা
তাকৃলি ঐথোয় য়াওইবদা
য়েংজহৌ মুনা-মুনা
নোকচহৌ পেন্না-পেন্না।
ঙসি তাবা কোক্কিলগী খোঙ্গেল

হয়েং য়ৈরকপ' তান্নাগী খোম্বাং
মাম্নয়োই মথন্ মচু নাইনি
খেন্নগনি অতেন্-অশাং
উগনি অমৈন্-অন্নাং ।
গুসি খেকপা খুৎখৈরা
হয়েং শাবা অগোন্নগা
অন্নাবা ফুংঙাইবা উগনি ;
উৎলি ভৎতনা এখোন্নগা
নিংশিংউ কাওগদ্রু মীওইবা
য়েংজহৌ উরিতৈংদা পেম্না
নোকচহৌ হন্নাওন্নিতৈংদা ফুংঙাইবা
গুসি উবনা অন্নোইবনি ।

---

## হয়েংদি

ওন্নাং ন্নাবা কন্না
হৌজিক নিংঙঙবনা লেন্থা
পুন্সি অসি তাইবন্দী
হয়েংদি অমুক হন্না
হন্নাওনা পেম্না নোঙ্গনি
লেননি পুন্সি ফুংঙাইবা ।
ওসাই অমুক পোম্বা মাজিন্দ্র

হৌজিক মুংথিল লৈমন্ চন্লে,
নিংগুমদরে মিপ'ইচাওবা খোইমু।
হৌজিক পোম্বা কয়ানা
হয়াওনা হয়েংদি শাৎকাইরনি
ফংলনি উবা
থাজগী অইংবা মাইথোং
কোয়ৌগী অশাবা শকৃতম্
হরাওরনি খোইমু ময়াম্।
গুসি যুম্থে'ং কোইনা
চাকুনি কিনিরিবা ভিক্ষারি
হয়েং নিংথৌ মহারাণীনি।
হৌজিক্ মম্বা মিৎ তাংবা
হয়েং গুানুনি অমুক হন্না
উগনি বসন্ত ঋতুগী ফজবা।
তাত্রথস্ন মুংশিবা তাম্নাগী খোজেল্
নিংথিবা সুর কোকিলগী গুসি
তানি হয়েং হরাওনা নাপংবা।
তাইবংগী তোর্ব্বান্দ গুম্রি
হয়াও মথোই কান্থনা
নোকৃচরম্বা ঈনাকৃথুম্বা
হয়েংদি লেন্নুনি পুন্সি
কপ্পা-কপ্পা নারক্ত
কনানা তম্বা গুম্গনি

লেপত্তবা তাইবংগী ঈচেলদা।
হৌজিক্ শারম্ব মংগী দলান্
হোরেল থোক্পা মিকপ্তা
কাইখিগনি মিকুপ্তা মালংদা
তাখিগনি লৈমাইথক্ত মচেৎ-মচেৎ ;
উগনি নমিৎহুনা মমিদো
তাগনি নাকোংহ্না খোজেল্দো।

---

## উনা থংনা

পাক্‌ই শাংই চাওনা।
নিকই কি শুক্না।
চৎলি মম্না উদনা।
তল্লি থংনা চাদে।
শুদে হায়না লায়রৈ।
নোম্‌ই হায়না সুংঙাই।
হৈত্তে হায়না তম্বী।
থংই হায়না ঙাংই।
কল্লে শক্না নোক্‌ই।
শোল্লে শক্না কি।
সুংঙাইরে থংনা হয়াওই
লায়রৈ থংনা কপ্পী।

পিকৃই হায়না উশিংতে ;
চাওই হায়না নোম্লুকই।
মমৃই হায়না শুকই।
ঙাম্লি হায়না লংই।
হৈরে হায়না চাওই।
খংদরে হায়না পংই।
পিকৃই শক্না নেমই।
চাওই শক্ন রাংই।
লৈভরে হায়না রাই।
লৈরে হায়না মুংঙাই।
লাই হায়না কোমথোকই।
লুই হায়না চেক্‌শিল্লি।
চোৎলে হায়না পেৎলি।
কংলে হায়না কনৃশিল্লি।

---

## ওাসিদি

উজরে 'ামৎসিনা
তাজরে 'নাসিনা উৎলিবা নহাক্কী
তোবা ওম্বা নাতক্ নগুণ।
চেল্‌হল্‌লে মলেমৃথক্ত রেলগাড়ী
পাইহল্‌লে মালেমৃক্ত এয়োপ্লেন

ভাহল্লে অয়াকৃপা নংগী খোঞ্জেল
উহল্লে অরংবা নংগী হকচাংপুম্বা।
য়েংহল্লি ভাইবং ময়ামদা
মমিৎ কুপ্তনা অঙকপা,
অকিব ফজবা নহাক্কী
নওং নভৌ শাওং শাদা।
খল্লি খম্মোয়দা; ফাওরি
পুক্লিংদা, চেল্লি অথুপ্পা
নংগী ৱাখন্গী ঈচেল্!
লোৱে মুংশিৎতগী অরাবা
মুংঙাইবা রস কয়াগী পাওজেল্;
হর'ওহল্লে মুংঙাইহল্লে ভাইবংসে
নোকৃচরে ঐখোয় পেম্মা।
কৱম্বা কান্দ কনাগী ৱাখল্লা
কনাগী খোৱাংনা অথাপ্পবু
জয় তৌগদগে খল্লম্বা
ঙসিদি মরুক্কা ভৌরে
জয়-জয় ঐখোয়না।
লৈভরে অময়ূব কোবা
মপু মাগী খুৎশেম্ মুং'সিদা
ঙাল্হল্লে থকৃহল্লে মিৎ
অয়ুক্ মুংথিল্ নাইদনা।
লাকৃলি অনৌবা ৱাখল্

পুখোকলি অকিবা শকফম্
উৎলি ভাইবং মালংদা ;
নৈতে লেপ্পা কোবা
চংশিল্লি খোংথাং লাওনা লাওনা
কান্দুনা চাওথৎপগী মাংলোমদা ।

---

# শিবা

কদাইদনো নংনা চেনৃগদবা
থৎলিব' নমাংদগী ঈপাকৃতো ;
লুপ খিনি য়োরগা ঈপাকৃতা
নৈতে অমর ভাইবংগী ।

হোফমদগী হোরগা ভুবেন্না
চেনৃবনি থেক্লা থে য়না তোরৈগী
য়েল্লুবনি মীপুম্ তিংনা লাইজ
চৎলুবনি লম্বী লম্ফাং ।

ভারিখিনি সমুদ্র' ঈয়োম্ু দা
চৎলুরগা মায়কৈ শিন্' থুংনা ;
লেপ্তনা চেনৃবা ঈচেম্নি
পন্দনা খোখিনি ঈতিন্ফম্দা ।

অচৌবা ভুরেনগী ধ্বনি
অপিকপা খোংগী ঈৱাওথোল্

পুল্লখিনি অনিমক্ অমত্তা
চুপ্ শিল্লখিগনি সমুদ্রগী গর্ভদা ।
করিগী কাওরুই অপংবা
ঙসি চৎখিবা খোংচৎ
হয়েং তেনৃশিনগনি লম্বী
য়োৎরক্কনি অরোই-পম্থং ক্ষমদা
চাওবনি ঈথক্ ফুংঙাইবগীনা
পিকৃপনি ঈপোম লায়রবগীনা
খোঞ্জেল্ অনি থোক্লা
স্থুর অনি ফাংনা চেনৃবনি ।
লুপ্ লখিগনি কালগী গর্ভদা
অমুবা অরংবা থিবিক্,
তুম্লখিগনি অচৌ পিশক
তারখিগনি অশিবগী থয়াংতা !
চৎলখিনি ঐখোয়' পুম্বা
ঙম্না লাকপনা হাম্না
কোম্না লাকপনা থেংনা
অহান-অকোন অথেং-অঙন নাইনা ।

---

# অথিবা ফজবা

খিস্ম থিপ্রেদা লায়রবা ;
নয়ুম্ য়েংই কদাই—
ইমন্ মনশিল্লে ইসে শেগাইয়ে
উচেক রা-য়া হরাওনরে
কাক্ শান্নফম ওইরে
য়েংবদা মীনা থোক্তদাদরে ।
নশক্ য়েংই উনিংদে
নতৌ য়েংই য়েংনিংদে
নরা তাই তানিংদে
ইথিদা থি কাক্ মাল্লি
স্নুক্ননুংদা নুংশিদে মকু মাল্লি,
কুচু তৌই থাসি অহিংগুম্ই
নগুণ তৌই অকংবা তৌগুমই ;
মাই মাই স্নুক্পাম্দা পাম্জদে
ইরিদা লিথংলি নোংবান হায়বদো
অতুবু লায়দি লায়রথিদে মহাক্তো ।
ফস্নু কজেদা ঈনাক্থুনবা !
নয়ুম য়েংই কদাই—
ইহন্ হল্লি ইকন্ কল্লি
উচেক্ রা-য়া ইকাইজরে
কাক্ তোংগদবা হঙ্গোইরে

উবদ' মীনা খোইদায়ে ।
নশক্ য়েংই সুংশি
নতৌ য়েংই য়েংনিংই
ঙাংথোরকপা স্থরনা তম্নাগুম্বই
ভানিংই রসতো কোকিলগুম্না,
নশক্ ফংই থাক্তগুম্ই
নগুন্ ফংই সুমিৎকুম্ই
কুচুনা মেরাগী থাবল্গুম্বনি
ইস্থংদা সুংশি ইপাম্তা পাম্ই
ইনৌতা নৌই খস্ব' হায়বদো
অহুমওইনমক ইনাকতি খুনখিদে মহাক্তো ।

---

## নিংশিং মুর্ত্তি

উরুবদ' মাষ্টথোং নংগী নোংমা
হৌখি ঈপোম্ হক্‌চাং 'পুস্না,
থোৎখি বসন্তগুম্না শিংলি ভুথুপ্পা
চেম্বপ্রে ঈচেল নংগী প্রেমদা ।
লাপ্লবদা মিৎয়েং, উত্রবদা চেংলৌ
তাত্রবদা খো'প্লেল, লৈত্রবদা নাক্ত
লাকই, লাকই চেংলৌ নংগী
উকই ফাওহনা শিংকী লম্বীদা ।

নাইদে মফম্ লেপ্তে মতম্
উদ্রগা চেংলৌ তাদ্রগা থোঞ্জেল
মুংঙাইত্রগা পুক্লিংনা নিংঙম্দ্রগা থম্মোয়না
লাকৃই নংগীদমক্ত নিংশিংবা কৌবনা ।
লেপ্তনা উই চেংলৌ নংগী
তত্তনা তাই থোঞ্জেল নংগী
শাথিবা রান্নী লৈথিবা মফম
উরি তারি থম্মোয়গী মিংশেলদ ।
লেপ্পা লৈতে তাদে ময়েং
দেশ কাল্ মফম্ মতম্ থাইদে
থল্লুরগা পুক্লিংনা নিংশিংলুরগা থম্মোয়না
লাকৃই লাকৃই মূর্ত্তি নংগী ।

---

## অঙাওবা

ঈশ্বর নংগী ফম্বাক্ থক্'সিদা
চৎলি মহাকতো
মকোক মরু ইফা ফা
রাখন্ লম্ফাংনা
পম্ফুংফম থংদনা
তারুবা মফম্দা য়াতারুরি
থেংঙুবা মফম্দা লেপ্লুরি

খংদে মশাদা ইক্কাই ইকি
লৈত্তে ব্যবহার লম চৎ
ফজবা অখিবা
চাই অপুন্বা।
থকৃই অনৈবা।
কনানা উরগা নংবু
শোল্লি মচিন্দ রাহৈনা
থল্লি পুক্লিংদঃ ওইবিদবা নংগুম্না।
ঙাংনিংবদা ঙাং
শকনিংবদা শক
চৎলি সমাজ লমজাও শোরোক্ত,
তাইবং নারক-শিংলক
ইল্লি অঙাং শঙ্গু
য়েংলি অহল মপৈ
নোকলি নংগী রাভাং ভারগা
লক্করি তারগা নংগী
মন্নী লৈনদবা রাহৈ রাতা
চৈবীন্নি অথাক্পা রাঙাংনা
অত্তুবু ক্কাওদে মশাদা
অত্তুক্ হাক্লা শাওবা
খংদে অরাবা অনাবা
চৎলি তাইবং লম্বীদগী তোপ্না

ঙাংই শকই সমাজগা মান্নদনা
উরিদো নংগুম্বা লিশিং লিশিং
চৎলিদো তাইবং মালংপান্‌বসিদা
অপু-নবা অমনা পুতুনা
লেল্লিদো পুন্সি শি-নবা ।

---

## কাওগন্নু

নুমিৎ থোরক্‌লে নোং ঙাল্লে
ইঙান্‌ ঙাল্লে মালেম্‌ পুম্বা ;
উচেক্‌ রায়া য়াহৌরক্‌লে
ইনিল্‌ নিল্লে খোঙ্গেল্‌না ॥
নুমিৎ তাখ্রে মমৃলে
ইশুক শুক্‌খ্রে তাইবং পুম্বা ;
অহিং ওইশিল্লক্‌লে থেংজিল্লক্‌লে
ইচিক্‌ চিক্‌খ্রে জগৎ পুম্বা ॥
নোং ঙানগদৌরে ঙরাংগী মতৌগুম্না
লাক্কদৌরে মথং কাইদনা ;
চৎখিনি অমুক্‌হন্না
থোরক্কনি অমুক্‌ নৌনা ॥
কাওগন্নু তাইবং ও অপংবা !
নিংশিংউ পুক্রিং চংনা

খল্লু থম্মোয় য়াওনা ;
তোঙ্খ্রবা থবক থিনা
ঙাংগ্রবা রা মীনম্বা
ফরক্লরোই অমুকৃহন্না
থাজররোই কনানস্নু নংবু ॥
চেনখ্রবা ঈচেল তুরেনগী
চৎখ্রবা মতম ঙাসগী
হল্লকৃলরোই অমুক্ নোহৌনা
লাক্লরোই অমুক্ হন্না ॥

## মপুগী লীলা

শংলে উপাল্ রাপাল্ লাকলে বসন্ত
খোংলি কোকিল নহা খোন্নোবা কুহু কুহু
শাৎলে হৈরাং লৈরাং লৈকাফন্না
ঙংলি খোইমু ল'বা খ্বাংজেংবা গুন গুন ॥
ফজবা বন্দা, নিংথিবা কুঞ্জদা, অচিকপদা
শারি জগোয় নোম্না নোম্ন রাহোং লাবা অমোম অনি ;
উরুবদা মতৌ তারুবদা খোঙ্গেল্
কুপতরে মিৎ হায়দরে হকচাং মুংগী মুর্ত্তিগুম্না ॥
লাকলে য়াওশং উনরে মায়থোং অনি হরাওনরে
শামিম্নরে মুংশি রারি নোঙমিম্নরে মোমোন্ মোমোন্ ;

পাইমিন্নরে খুজেং অনি পালোয়না
চোংমিন্নরে থাবল কাইদ কাইদ খোংথাংদা ॥
ফজে নিংথি ইবুংঙো নংগী লিলা
ইংনা চিক্লা লেম্না মিং থকুই
সুক্লা মমৃনা থংদনা য়াথন্ লম্মু কনৈ ;
অকিবনা মাংওইনা অয়াবনা তুংওইনা
য়েংজরি ভনিক্ তনিক্ নংগী লিলা ॥
ফজনা উহনকিয়ু পুক্রিং ঐগী পেম্না
সুংশিনা তাহনৃবাযু থম্মোয় ঐগী খোইদানা ;
চংদনবা ফৎভবা য়াথন থম্মোয়দা
ঙাংদনবা ওইদবা য়াহৈ পুক্রিংগী ॥

---

## বসন্ত ঋতুদা ঐগী মিৎয়েং

কুমৎওনগী অনৌবা চহিগী খোংচৎতা
লাকৃলে অনৌবা বসন্ত ঋতু ;
শাৎলুক্রব। লৈগী মপাল্ লৈপান্দা
পাল্লুক্রবা হৈগী মহৈ হৈপান্দা ।
হোংলকৃলে অমনৃবা ফিজোল্ নৌহোনা
অনৌবা বসন্ত ঋতুগী য়েন্নীং—
মললকৃলে অনৌবা শকক্মৃগী সুংঙাইবা
হৈমি-লৈমি হৈপাল্ লৈপান্দা ।

শাৎলে অহানূবা মিৎয়েংগী লৈপান্দা।
নিংথিবা লৈরাং লৈকা ফম্না ;
পাল্লে উহৈ হৈপান্দা চুম্না
ওইরিবা পুন্সি খোংচৎ অহানূবা।
লৈগী লৈনম্ হুংশিবা থম্মোয়দা
হৈগী হৈনম্ অথুম্বা চিন্বান্দা
য়েংনিংঙুরে মীৎ 'সিনা ঐগী পাম্জনা
খোইদাক্লরে থম্মোয়না ঐগী হরাওনা।
মচু কয়াগী নিংথিবা লৈরাং
উপাল্ কয়াগী অশংবা মনা
নিংথিজরে মাপেম্সে ফজরে তাইবংসে
শান্নগদৌরে মপুগী জগোয় রাস।
কৌবুন্সিয়া মপাল্গী অমৃত চুপলবা
নিংঙমহৌদ্রবা খোয়নিংগী খোঞ্জেল্—
হৈনৌ মপাল্ খোবোম থন্না উম্নব'
পেল্হৌদ্রবা কোকিল্গী পঞ্চম্ স্বুর ;
উহনূবীয়ো লেপতনা নংগী কুপ্মে
তাহনূবীয়ো চৎতন' নংগী খোঞ্জেল্
পেনূজগে উনিংলবা ঐগী মীৎ 'সিনা
হরাওজগে তানিংলবা ঐগী ন' 'সিনা
নাম্বিবা বসন্তগী জিরি খোংদোইদা
মাজং ইপাল্ জাংলিবা নৌম্নবা
উনা ব্লানাগী অশংবা কৈরাথক্ত

উরবদি পোক্সী চেক্লা খত্রাং তোং
তারুবদি পোথা পোথা চিলোক্লবগী খোঙ্গাং
থম্মোয় ঐগী লকাঙ্গুংদা অরোনবা ঙ্গুংগী
কোংঙমত্রবা রাখলগী লান্'ঙমত্রবা মপুগী
ঙ্গুংশি ঈচেল্ অমা তোর্ব্বান্ থুম্না
ইপোম্ হৌনা চাওনা কারকৃলে।
তোর্ব্বান্গী চাংজৌ মান্নরবা ঈপাক্ত
তাওথয়ি ঐগী হিনা ঈথুংকম্ থংদনা

---

# লেল্লনি পুঙ্গি নিংঙম্দনা

হে জগৎ শেম্বা মপু!
অঙকপনি। নংগী মায়া
নংনা শেম্বা তাইবংদা
উৎলিবা মায়াগী কুম্মে।
থংদে কৈদৌঙৈ লোইথিনি
চৎনিংবা কান্দা ভগবান্না
লোইনিংবা মতম্দা মপুনা
চৎথিনি তাইবং কনাদা তাকলম্দনা
মালেম্ কনাদা হায়রম্দনা
তাকৃথিগনি মক্তম ইখং থংহৌদনা।
কনাগী খোম্জিন্বা লন্

কনাগী তান্নৃশিন্নৃবা শেন্
কনানা থংগনি ভগবান্
নংগী মথক মথা কুইম্বদা
ওষ্ঠোক্লগনি অরৈ' লৈভব।
ঙসিগী অয়ুক্ অঙনবদা
কনানা কপ্লি ওন্না থোক্টনা
অহুবু হয়েংগী কোয়ৌ অথেংবদি
নোক্কনি পেন্না অমুক্-হন্না।
অরিবা উনা কয়ানা
কেনখ্রি নিংঙমদনা পিরোইননা ;
অনৌবা কয়ানা বসন্ত ঋতু
চংলক্লি হয়াও মিনোক্লা।
চেক্শিল্লু তাইবং অপংবা
ঋতু নাইদবা খোংচৎনি
অমুক পোক্পা
অমুক্ শিবা মপোক্পা
অনিয়ক্ ঙদবা পোক্ঙম্দবা মপোক্নি।
ভাদবা থংদবা উদবা নংদি
লৈরুবা মাইকৈ চৎলুবা মক্ষম্
লেল্লনি পুন্সি নিংঙম্দনা।

---

# ঐখোয় 'পুম্বা

চৎলু রাথনুগী মথা পোম্না
লম্কেং লম্হায়গন্নু ;
শায়ম্চৎনা তুংলোম্দা
মীরম্চৎনা মাংলোম্দা ।
অয়ুক্কী য়ুম্নানুগী পুন্সিনি
লাইজ্জ থক্কী কোঙ্গোলনি
কন্নিগী অত্তুক্ক থংদবগে
পংনা পান্ববা ভাইবংপা'নুবও ।
ঙরাংগী কোরৌ নঙাল্
ফংবা অঙনুবদগী
ঙসিনী হুংখিল্ অথেংবা
নৈরি ঐখোয় পুম্বা
ওঃ অত্তবু মথংগী মিকুপ্তা
বিধি নোংদম্বা মানা
কন্নি তম্লমগবা কনাস্নু থংদে ।
ঙাংগন্নু কনাদস্নু অরাকপা রাহৈ
খক্কনু কৈদৌঙৈদস্নু হুংঙাইডবা হৈশক্
লোইনৌ অথোৎপা অম্মেংবা সুন্না
চামিন-থক্মিন্নৌ অহাও-হাওত্ত অনিমক্ ।
হৈ-শিংবা কয়াস্নু ওইস্নুন্নু
ঙমদে শিঙ্' অমম্ন থুভম্,

চৎকনি অকন' অশোন'
অপং' অশিং' ঐখোয়পুম্বা।
শরুগনি ভাইবংদা মথংলেম্না
ফনা ত্তোরে ফজবা মিংথৈরোল,
ঙাংনগনি ফৎতনা ত্তোরে
অথিবা মিংথৈরোল্ থিনা।
নিংশিংউ কাওগনু পুক্নিংদা
থম্লাই হক্চাং অনি পুম্না ;
লৈহৌবনি মিংচৎথি লেংঙনা
অমাং অত্তা লৈতনা মালেমদা।
ওনখিবনি দেহেনা উফুল্
থিনখিবনি আম্নানা মালংদা
পাইথিনি মৈথুনা নোংমদোন'থক্তু
মাংথিনি উনা উনা।
লাৎনৈ থম্মোয় শোক্না
কৎনৈ লৈরাং খুজোক্ খুৎশম্না
ঙাংনৈ শোম্নৈ মাবুদা ;
লেপ্লিদো পুন্সি মাদি
ভাইবং অকা অকুম্দা
শিদ রারী ওইহনা।

# ঙান্ত ঙান্‌বীয়ু

উরুবদা ঈশ্বর নংগী মায়া
খল্লকৃলে কোংদোকৃকে রাহৈনা ;
পীনবীয়ু ভগবান খোজালগী মপু
খিকপীয়ু লাইজ সুংশিনা
পংথরবা হুকচাংদা ঐগী
কালেন্‌গী শায়বা সুংশানা ।
চোংহন্‌বীয়ু য়েন্নীং অমুকহন্না
নংবা খম্মোয়'সে রাকৃচিংগী উনৃলেন্ ;
ভোংহন্‌বীয়ু বসন্ত কোকিল
খোংহন্‌বীয়ু থুমলবা পঞ্চম স্বরদা
কুহু কুহু হায়না খম্মোয়দা
শুমহৎহন্‌বীয়ু চুদৎনরবা ভাইবং'সে
পাংহন্‌বীয়ু মমিৎ মমাই
শিংহন্‌বীয়ু মিৎ নাকোং ।
নোংচুপ- ভোর্ব্বান সেক্সপিয়ার
চীংসুং চেক্লা ভাম্না
শকৃহনবীয়ু রাধনগী ঈশৈ
ভাহনবীয়ু সুংঙাইবা স্বর ।
খম্মোয়গী ভারদা ঐগী
খোংহনবীয়ু বাঁশি কৃষ্ণগী
ঙাওন্‌বীয়ু গোপী ময়াম

ওইহনূবীম্ন লৈকাই রাখোক্।
ফোংদোক্কে ঐগী ম্নাখম্ন।
ঙকৃহনগে তাইবং মালংসে
শিন্হনগে পিম্নাং ম্নিৎলুদগী
কপহনূগে থম্মোয় শোক্লা
নিংশিংহনূগে অঙকপা নংগী নগুন্
ঙাস্ত ঙানূবীম্নু
লেংদনা নংত থম্মোয়দা।

---

## মিংচৎ

ইরি অঙৌবা চেবাং 'শক্ত
অরংবা স্নাগী ময়েক্লা;
মুৎলোই কৈদৌঙৈদস্নু
হেনূগৎলক্কনি অহোইনত্রুম্ কূইরগা।
মূৎত্তনবা হোৎনবদা ময়েক্তো
তানবা লাক্লবদা মম্নিদো
খনখি ওলাংথাগী লৈস্নাংগুম
থোৎলবা থম্মোম্ন বজ্রগুম্না।
চোংশনূথি অশোংবা নারক্
কাখি উনূগী চীংজাও
লুপ খি সমুদ্র ঈরোম্নংদা

চৎখি তিংখং তুম্বৌ মরক্তা ।
নোংমতস্থু হায়দে ৱাট
নিজদে মতেং ঈশ্বরদগী
পোক্‌খিদে অকিবা থম্মৌ'য়দা
চৎখি মথস্তুগী রাথন্না ।
পান্নবদি অমর তাইবংদা
ভান্‌নিংলবদি মুমিৎ-থাগুম মালেমদা
কাখৎলু ৱাথল্‌ অনি লোংদনা
য়োক্ত্রিকাওবা মতোনদো ।
য়েংলক্কন্থু হন্না 'মিৎতুনা
থন্‌গস্থু ওমলোই 'পুক্লিংনা
ওমৃক্রবস্থু গুনথরকউ শিংন'
ঈহিং নাহিং শানা মথাদা ।
শোন্নগনি মালেম্না মচিন্দা
ভাংনগনি তাইবংনা নংতনি মুপা
ভান্‌গনি অমরগী মুমিৎ থাগুম
খোক্কনি মঙাল্‌ অয়ুক-মুংথিল্‌ অনিদা ।

---

## চিঙ্খিবা

থিস্থু খিদা নচিন্দু
হে তাইবং ম'ওইবা !

ওম্লাংভা কোম্লৌ মঙাল্ কংবদা
শাম্লে ! শাম্লে !!
মাংলে ! মাংলে !! মালেম'সে ;
ম্লানরে হা ফাম্ন লাওনম্লে
চেম্লে কোক্ত খুৎ হাপজুন্না
কপ্-কপ ; —অহুবু
ঙসি থিকৃলে
নোং'ম্লিক মতুম মতুম্
তাইলৃলে মালেম থক্ত
চোৎইল্লে লৈবাক্ লৈমা
থোক্হল্লে লৈখোম্ মালেম্সে ;
লাওম্নকৃলে ম্লাম্নবা থোম্লেলনা
লৈশি লৈথোনবা ম্লাইহেনা
হা ঈশ্বর ! উদবরা ?
ভৌম্নিবা মভৌসিবো, থংদবরা ?
লাওম্নিবা খোংলিবা ময়ামসিবো !
ঙাওম্লে থংদনা ম্লাথনৃসে
চম্নমনম্লে উদনা থম্মোয়সে
তাবদা নংগী ম্লাইহ
উবদা নংগী নভৌ ।

লৈরবস্থ লৈভে
থংঙবস্থ থংদে ;

উৱবস্তু উদে নফিৎনা
তাৱবস্তু তাদে নলানা ।

মীনম্বা নংগী ৱাঙাং
লৌনম্বা নংগী ৱাহৈ
তাঝি হয়াও-হয়াওনা
য়েংবি লোক্লা লোক্লা
অপংবদি তাইবং ঐথোয়নিদি
থম্না ঈশ্বর মানা
সাল্লবস্তু চানূবী
য়োল্লবস্তু ঙাকূপী

---

## অশাওবা

তপথৌ হে মীওইবা !
কৌরিবা নক্না নংবু মী
ঙাকূপগীদমক তাইবং শিচৎ
কৌরমগনি নত্রবদি নংস্তু
নিয়ম্ লৈতবা শা ।
কাওগন্নু তাইবংশা !
হোৎনৌ লৈতনবা
মায়াগী দেহেদা
ওম্‌ত্রবদি মাংহন্‌বনি

মরু ফুক্লা দেহে পুম্বা।
অথোই অহেন লাইবা সংসারদা
কল্লবনি ঐদি, শিংলবনি নংদি
হেল্লে ঐনা, থোইৱে নংনা
কাহল্লে ময়াই থম্মোম্নদা।
কিদৱা ? —কিৱম্গনি।
ভুমহন্‌বনি মিকুপ্তা
মাংহন্‌বনি পুংজাদা
ওল্‌হন্‌বনি জীব পানবা পুম্বা
হাংলবদি লৈকংলাগী মতৌগুম্।
তুম্‌থিবা নত্রা লঙ্কা পুম্বা
শাওরুবদা মিকুপ 'মতং
শারম্‌চৎনা মাংওইনরুবা,
অমমম্ ওইনা মরুফুক্লা
হাৎথিবা নত্রা লঙ্কা পুম্বা
কেনথিবা নত্রা মক্তোক্ ভরা
হিংচাবা নিংথৌ রাবণদো ?
থম্লৌ হে মীওইবা।
লোয়নৌ ফজবা রাডাংনা
তিন্‌নৌ অমেংবা রাহৈনা
নত্রবদি মম্‌লনি ভাইবংসে
উররোই মায়াসে মপুগী

---

# চেক্শিল্লু

মমূলবা তাইবং ঈপাক্তু
অঙাওবা রাখল্লা মাংওইনা
থুংভা নৌম্লেল পাইদনা
পুন্সিগী তাইবং ঈপাক্
লানুগে থৌরাংজিবা
হে সুপা—চেক্শিল্লু ।

শোংলবা তাইবং নারক্নি
তিংথং ভুম্বৌনা থনূবনি
তোংশিল্লু নখোংহু মায়াগী
খোংউপ্ যুদ্দনবা তিংথং ;
যুদ্ধবদি করিগুম্বা লম্য়াইদা
হন্সি হায়র হন্ঙম্দ
চংসি হায়র চংঙম্দ
তাইবং নারক্পা লম্মুক্রহ্না
'পুন্সি অহু অরেম্বদা
ঈরাক্রহ্না পুন্সিগী নিংবা থুংদনা
মালেমথক্তু নিংঙম্দনা মাংখিনি ।

কস্মিগীদি পাইরকৃতে 'থুংভা
থুংলাই লাম্থেংনবা য়েক্রুবগা ;
কস্মিগীদি তমূলকৃতে নয়োম্
ঙম্লবদি ঙাংনবা য়েক্রবগা ?

মীতুংশি থংদবা শানি
য়াথন্ লৈতবা জীবনি ;
চংজকম্ লৈতবা নায়কনি
শান্তি লৈতবা ফম্বাকনি ।

নংনা য়াবা উয়গা
থানা লোকপা ভাইবংনি ;
মানা তুংঙাইবা উয়গা
কল্লক্ কনজাওনবনি ।

লৈরবস্তু য়াই লৈত্রবস্তু তুংঙাইতে
ঈশ্বর মাগী শোইকত্রবা মায়াবি
ভাইবং শ্রীখোয়গী চংকত্রবা
অয়া-অনাগী খোংচংনি ।

চেক্‌শিল্লু হে তুপা ।
নুপতনবা হীদো হোল্লিবা
পাক্লবদি ভাইবং ঈপাক্কু ;
য়েংউ তুং মাং হন্না
কায়কলিবা ঈথক্ ঈপোম্‌দো
চাওনদি কিনা ঈয়াইদা
হোৎনল্লিবা থুগাইগদবগী হীদো
লাক্লিবা য়োংকদবগী
লাইজতুংগীদি হীংচা য়াইতম্বনা
হৌরলিবা লোংলৈদি তুংশিংনা

পুগদবগী শেয়াম্নবা পনথুংকম্দা
চেক্শিল্লু হে মুপা শোইদনবা।

---

## ওইনিংঙুরে অমুকহন্না

নিংশিংলকলে নিংঙম্হৌজ্রবা পুক্লিংনা
থল্লকলে ম্রাখন্ লিশাং থাহুনা
শিন্থয়কলে পিয়াং নিংঙম্দনা ;
কয়াগী মতিক্ ফুংঙাইখিবা
মালংবা মাগা মরূপ. ওইহুনা
ইবিং ভোনা চেন্ চোংজবা ফুংঙাইনা
নোক্চবা ঐথাক্না হয়াও ভয়াম্না ।

আল্লবসু ঙাকপী ফুংশিনা
থংজ্রবসু ভম্বী হয়াওনা
য়াবী ফংতবা থিবিক্
পজেম্ পম্বৌ শক্ ।
হাংলবা থম্মোয়না মিত্তাইজে
উক্ল উক্লবা মকম্দা
চৎলু চৎলুবা মাইকৈদা
নোক্চে পেন্জে হয়াওনা ।
মালং খোংলম্ ভুংইন্বদা
চোক্থবা নান্না হকচাং,

খল্লুং 'থক্কী মিক্কপ্ তানজৈ
চংঙকৃভে খংতরা য়াখল্ ।
খজনা তারে খজৈ
থিনা তারে থি ;
তিময়োই খরপা স্বর্গদা
খংত্রগনা নাবক্তা তাই ।
জুংঙাইবা পুন্সি নাব়াগী
উরগা নোক্‌চৈ মোমোন
য়েংজৈ মূনা মূনা
জুংশি হৈব মপুনঃ ।
খাওরকুই তংতনা থম্মোয়দা
নিংশিংলকই লেপতনা বাথম্না.
ওইনিংঙু রে অমূকহন্না
নাব়াগী জুংঙাইবা পুন্সিদো ।

---

## পৌনবীয়ু হে ঈশ্বর

ইমা ! ইমা !! লাম্বম্ববী !!!
নচা চাওনবা হোংনবদা
কেমৃলেদো পুন্সি অয়েম্বদা
তারেদো লৈমাইথক্ক কপ্না ।
নচা য়োক্লবা লাক্লবদা

নোংজু সুংশা মাইয়োক্লবী
অরা কোজ্ঞাই থাংজবী
মোমোন্ নোকপা মিনোক্লা ।

নচাগী সুংশিবনা হেনবনা
লৈকাই পবান্ লানজবী
সমাজ মীনোক্ মৈশা থাংজবী
নিংহল্লদ্রবা ইমাগী থম্মোয়না ।

নচা চাওনবা হোৎনবদ
অহিং মিৎশেল্ থাংজবী
তরা চাক্লেন্ থওইদবী
সুংথিল চে'ক্থরবা ইমা-ও ।

কালেন্গী শারবা সুংশা
র'ক্চিংগী ইংলবা উন্লেন্
ইঙ্গা ইঙেন্গী নোং নংলবী
ইমা ! ইমা !! লায়রবী !!!

ঙসি কোরৌ নোং'সিনা
লায়র ইমাগী কাওভম্দ্রবা
য়ারা কোলোয় সুংশিবা
নিংশিংলক্লে লায়র নচানা ।

ইমাগী হৌখিবা অরাবা
নিংশংলক্লে নিংভম্দনা রানা

থল্লকৃলে মিংলুদা পিরাং চোংনা
করম্না শিংসগে ইমাগী লম্মন্ ।
পীনবীয়ু থৌজ্জাল্ হৈরবা
হে ভগবান ! লায়রবা নচানা
ইমাগী লম্মন শিংনবা
হোংনবদা নহাক্কী নত্তে ।

---

## পুন্সি ঈচেল

অঙকপানি ! পুন্সি ঈচেল
য়ারে হায়দুনা ফন্থুনা
তল্লি হায়দুনা লেপ্তুনা
ডাইহাক্ত ফম্বা লেপ্পা য়াদেদো ।

য়েংনিংলবসু য়েংনা য়েংনা
তুম্নিংলবসু তুম্না-তুম্না
চানিংলবসু চানা-চানা
উনা-উনা য়েংনা-য়েংনা
পন্থা য়াবা ঈচেল্ নত্তেদো ।

মতম্গী অকনবা ইরৈশ থৌইনশিন্না
থাদোক্তুনা অরাবা হৈনিংবা লৈজবাপুম্বা
য়াওজরোই ঐদ তাহবং ঈচেন্দ

ভোর্ব্বানগী সেক্তোদা ফম্লগং
তাইবং পুম্সি ঈচেল য়েংল্লগে
তপ্না তপ্না চেম্থক্করক্কে হায়দস্ত
ফমূলে ফম্না ওল্লে ওন্না তাওথৈ ।

পন্দুনা লৈবা য়াবা নত্তে
সমুদ্র ঈপাক্ ঈরোন্ যৌনবা
অম্মুক্ থুংথিল্ অহিং লেপতনা
অপনবা লৈতনা অথিংবা য়াওদনা
তাওথরিবা পুম্সি কাওশিংনি ।

য়ৌত্রি ফাওবদি ঈংেলগী পন্থেং
তাত্রি ফাওবদি ঈশিংগী সাগরদা
থানবা য়ারোই অবা-থুংভাই ;
লেপ্লগা ঈচেল য়ৌরগা পন্থেং
থোক্লোই খোঞ্চেল নাইরোই ইপোম্ ।

---

## ঈহৌ

পুম্সি ঐগী থুংশি ঈচেলদা
তাওারবা অকনবা তুরেল্গী ইরৈদা
থেংলিবা ঈথক্ ইপোম্ থুংগাই লক্ক
চৎলি' ফাওহনা নোংলৈ থুংশিৎ ।

খল্লুদে অরাবা থম্মোয়গী মৈশা
নিংশিংলুদে শুংঙাইতবা পুক্লিংগী চৈনা ;
ফংলগদা লোইরে রাখন্ ঐগী
চারগদা পেল্লে থম্মোয় ঐগী ।
তানবদা ফংনবা পোৎতো থৌরাংজিবা
ঊদে মিৎ ঐগী পাংনা-পাংনা,
তাদে না ঐগী তানা-তানা,
খংদে হকচাং ঐগী লৈনা লৈনা ।
ঙাইহাক্কী হৌরকপা প্রলয়গী মৈ
ফংলুরগা নৈশাদে হকচাংদা ঐগী
মুৎথরকপা মৈবীগা হকচাংগী শুংঙাইবগা
থোরকৃতে মঙাল্ খংলকৃই মতম্‌হুদা
অশেংবা রাখনগী মঙাল্ অমম্‌বদা ।
অরাবনি ঙাইহাক্কী ঈথৌ কাম !
নংগী ঈপোম্‌দা তাওহনা চৎলুবা
ইকাই ইকি অচুম্ অরান্ খংদনা
মাংদা ঊরিবা অঙানবা মৈরা
তাম্নরকৃপনি অমম্‌বদগী মৈরাঙ্গী কৌবনা
খংদবনি চাক্কনি মৈরীনা মশা
ঊদবনি অরাবা থোক্রগদবা ভুংদা
ঊরগদা পামলুবনি থম্মোয়না মাগী
কুপলুবনি অপাম্বগী লৈচিনগী ফিজংনা

---

## মীওই' পুন্সি

নিংথমথা ওইরক্লে নাকেল্লে
উ-রা পুম্বা ইকোক্ কোক্লে।
বসন্ত ঋতু অমুক লাক্লে
উ-রাপুম্বা নৌহৌনা য়েন্নীং হল্লে।
য়েংখি-য়েংখিবা মাইকৈদা
ওন্থি-ওন্থিবা লমৃদমৃদা
ইশং শংলে ইনৌ নৌরে
উচেক রায়া হৱাওনরে সুংঙাইনরে॥
ঈশ্বর মাগী শিল্পা কাইবা য়াদে
মীওইবা নংসু অহল্ ওইরক্কনি।
তেল্লবা মীওইবগী পুন্সি ঈচেল্নি
থন্নাথক্কা ঈশিংগী পাংথকনি।
উনা উনা থংনা থংনা
য়েংনা য়েংনা তানা তানা
ঈয়াইদা কোঙ্গোল্ তাক্পগুম্
ইখং খংহৌদনা তাইবংদগী চৎখিনি॥

---

## চেক্লা পুন্সি

মরুপ নংবু সুংশিবা
সুংঙাইরিনিদা নংগী পুন্সি

কল্লকউরে ঐগী থম্মোয়না
মিতারুরে ঐগী য়াখলনা
হৌফম্ খংদবা লোইফম্
লৈতবা য়েংবগী পেন্‌ঙমদবা,
খংবগী খংঙম্দবা. শংবাম্নবা
নোংমদোল্‌থক্তা মালংগী
ঈথক্ ইপোম্ নেৎনা চেক্লা
শাগপ তোইনা থপ ওুনা
হৈনিং মিৎয়েংনা পাইনিংবা
আশাগী লোয়ননা নিংঙাইদনা
তাংথক্ নাইদবা ঙাইবং
লৈকোম্ভুংদা পাইরিবা চেক্লা ও
হন্না অমুক্ত য়েংশকখো
চেক্লা কোলোয় মিংলেম্নখিসি
চাম্ন' মরুপ শান্নখিসি
থম্মোয় য়াহৈ শাংদানখিসি !
অপন্‌বা লৈতবা নংগী লম্বী
পাইনিংবা মাইকৈ ফমনিংবা উকৈ
কদাই ঐগীদি চৎনিংবা
মাইকৈ ফম্‌নিংবা মক্ক
লম্বন্‌গী লম্বন তিংখংগী তিংথং ;
শংদে মতম্ ঙাইহাক্ত
অয়ুক্ ফংই বাবানা ঙাংই

স্কুল চৎতে হায়দুনা
তুমিদাং ওইরক্লই চৈ কুমানা
লাইব্রিক্ ঔরাইদে হায়দুনা
চৎতরে পাদরে কুই তোদনা
পিক্লদে চাক ইচেল কপ্পি ঐনা।
তুম্বা, চাবা, থক্পা, পাইবা,
তোংবা, খোংবনা নশক্লক
ওইরবা রারক্ মৈশা লাংজবা
চেক্রা ওইবা নখোয়গী নপোক;
পামজনা ওই নিংজুরে নাংগুম্না
শুংভাইবদি মপোক চেক্রা নখোয়গী।
চেক্রা নংদি নশা পানবনি
কোইনা কোইনা পাইবনি
চৎনিংবদি মতমদা য়ৌনিংদা মফমদা
উরম্গানি শংবান্নবা সমুদ্রগী ঈথক্
ফজনা শুংজোন্নবা কাশ্মীরগী দৃশ্য,
অকংবা অশাবা আরবগী লৈহোই,
উন্গী চীংজাও হিমালয়,
আমেরিকাগী লৈচিল শৎনা
রাংলবা কুরা দলান,
ফ্রান্সকী ফজবা য়ুম-লৈক,
রাসিয়াগী অচৌবা থুংগু থুংলাই
আফ্রিকাগী অতুবা জঙ্গল

ভারমগনি খোঞ্জেল শা কৈগী।
কয়িনো চেক্লা নংবু ভাদরা
কৌজবদি ওইনিংবনা মরুপ,
খংলে খংলে চেক্লা নংনা
পামদবনি তিন্নবদি মরুপ ঐগা
ভিন্নদে' দি থম্না ঈশিং মুংশিং
য়াঙাং শাঙাং কিজেৎ চাকচা।
পাইয়ু-পাইয়ু চেক্লা য়াংনা
খপ্‌পু ভোয়না-ভোয়ন ভুক্কাং
য়েংজগে কুপতনা মিৎসে
চেক্লা নভুং ইন্দুনা।
ও: পাল্লমৃলবদি ইশা
ঐগীস্ত নংগুম্না অনি
শান্নগনি মরুপ্‌ নংগা
পাইমিন্নগনি ঐখোয় অনি :
য়েংলুগনি অমরাবতী হেকোন্‌
চামিন্নগনি অহাওবা উহৈ
য়েংমিন্নগনি মন্দাকিনী গঙ্গা ;
থকৃমিন্নগনি লাইজ অহংবা
হনমিন্নরক্কনি নোক্লা-নেক্লা
লিরগনি কজবা ইমাদা
ভম্নগনি নিংথিবা বাবাদা
হয়াওগনি ইচেনা নোক্কনি ভাদনা।

# মৈতৈ কবি নহা খোম্নৌবা

মৈতৈ লৈকোন্ লৈজুংঙি
কাঞ্চি লৈরাং লৈনম্ নিংথিবী
শীংঙেল্ লৈশক্ ফজবী
লৈরাং কোলোয় শক্হেনবী
শীংঙেল নাচোম্—
লৈপুন্ লৈচা চেৎনা
পুম্নবী 'মাধবী' কোলোম্নবী।
শীংঙেল লৈখোং শেংলম্বা
লৈরাং চার থারম্বা
মৈতৈ কবি নহা খোম্নৌবা
চেক্লানা পাঙ্গল কল্লিবৈ
বসন্ত উপান্দ কাইদোংলগা
খোবোম্ পোংনা খোংলম্বা
কদাই ঙসিদি চেক্লা ?
তাখিদরে খোঞ্জেল চেক্লাগী
কংশিল্লকলে উশা উপাল্গী
চোংথিদরে য়েন্নাং অনৌবা
ঙেংঙম্দরে অরাবা দৃশ্য'সে।
ইমা মৈতৈ লৈমা
নিংঙম্দরবাদে চেক্লানা মতম্
চাদনা শীংঙেল্ লৈমন্

চনুখিবদা পোম্বী কক্ঙাওনরে
খোইমু নিংঙমৃদরে—কপলক্লে
ইমা খোঞ্জেল্ খোক্লা
চেক্ষরক্লে বধুসার ঈচেল্
কংখিদরে মিৎলুদা পিরাং !
অত্তুবু চৎখ্রবস্থু নংনা
সংসারদগী লোথ্রবস্থ ইমাদগী
বিদাই-বিদাই মপোক 'সিরগী,
মাংলরোইনে লৈরাং লৈনম্
কংলরোইনে মাধবী পাম্বী ;
শাৎলি ঙসি লৈকা ফন্না
হরাও মথোই কাত্তনা
মৈতৈ' লৈকোন্দ মক্বা ফন্না ;
য়েল্লী মালংবনা লৈরাং
লৈনম্ মীপুম ত্তিংনা ।
খিক্পীরে অমৃত চাইবীরে ঈশিং
শিক্লম্ নাক্লম্বা মৈতৈ
তেক্খৎলক্লে খম্মোয়
চোংখৎলক্লে য়েন্নীং নৌহৌনা ।
রাখল্গী কোকিল্ উরীরৈগী
তারি খোঞ্জেলদো—নিংশিংলি
মূর্ত্তিদো ভুংঙাইরি খম্মোয়না
অপারদি মীপুম্ ত্তিংনা ।

নিংবা কাইরবা মাধবীগী কায়জবা
পিরাংনা চোৎলবা লৈগী পরেং
থম্মোয় শোক্না সুংঙাইতে ;
অনুতাপ্ কী মৈনা চাক্লক্লবদা
ধীরেনগী অরাং পাংবা খোংচৎ
লাংভক্লনা খৌরাংনা ঙাইরি
করি থোক্লগবা থুনিং কাংনা।
মৈতৈ লৈকোন ফজবী
শাংখিদরি লৈরাং মমাংদা
পোম্দরি শীংজেল্ মতুংদা
কুইর-কুইর শকৃহেনবী
মলুল মলুল লৈমুংশি।
মৈতৈ লৈরাং লৈখোং শেংবশা
কুদোক্সি নাপী মখোংদগী
চাইথসি লাইজ মরুদা
শাংহনৃসি মতম্ নাইদনা
অতুগা পুজখিসনু মালংবনা
লৈরাং লৈনম জুংশিবা
য়েল্লুসনু চীংনুং লাম্না অথাপ্পদা
ইংসনু থম্মোয় পেম্না মীপুমতিংনা।

---

# শাংহন্‌শি মতম্‌ নাইদনা

তন্না মাপলঙুবা শতাব্দীদা
যুগকী অওনবা খোংচৎতা
লাইবক্‌ চাওবী লৈনম্‌ চেনবী
ইমা ভারত লৈমগী
নোংচুপ্‌ থংবা তোর্বান্দা
গুজরাটকী সুংঙাইবা মাইকৈদা
পোর্বন্দরগী ফুংশিবা লমদম্‌দা
সুক্না মম্‌লবা অহিংদা
নোংচুপ্‌ থংবা অতিয়াদা
থোকপা থরান মিচাককুম্না
তগুপ্‌ তরেংনা ঙানখিবা
জাতীগী পিতা হায়না
জগৎ'পুম্বনা খংনরবা
কোলোয় ফজবা, মিংলেন নিংথিবা
মোহনদাস করমচান্দ গান্ধী
লৈপ্রবগে নহাকপু লমদম্‌কৈদা ?
লাক্‌খো অমুক্ত'গা ঙাল্‌হল্‌বীরখো
অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্‌লবা
মম্‌লবা তাইবং ঐখোয়সে।
অডক্‌পনি ! তাইবং মালংপান্‌বদা
নংগী রাজনগী শক্তি,
অকিবনি ! খাংবা কনূবা

মিংহন্নত্রবা নংগী থৌনা।
ইমা ভারতপু স্নুংশিবা
জাতিবু কন্নবা হোৎনবদা
লৈরাংগুম্ থোৎলব: ম'গুইবগী হকচাং
থন্‌খিবা য়োৎনা শাবা মুক্তিগুম্
লেপখিবা নিংঙাইদনা মায়োক্ত
ভাবদা মমিং কিনন্নবা
উবদা মশক্ নিক্রন্নবা
অঙকৃপা অকিবা ব্রিটিশকী
বোম্ব তোপ নোংমৈগী মমাংদা।
শাহিং চাবা রাখন্ লৈতবা
মীস্নুংশি খংদবা মরৈ চাওবা
মহাপাপী ব্রিটিশ নংগী থোংপাক্লা
গঙ্গাগুম্ব' শেংলবা ভারত ইমাগী
লাইবক্ত থোকপ' শজিক থবাগুম্
নারক্ত শাৎপা লৈরাংগুম্
সমুদ্র ঈন্নোন্ন্ংদা লোৎপ: মণিগুম্
ঙান্‌জবদি ঐশ্বোয়গীদি বাপুজীদা
কাওবদি স্নুংশি খংদবদি থোংপাক্লা
উরমৃলোইনে অন্নাবা শক্ষম
ভারমৃলোইনে স্নুংঙাইতবা থোক্লেল্
উৎলমৃলোইনে য়েংথিনবগী মওং
থাংবনি নোক্লা-নোক্লা!

জেলগী চেকপন মঙুংদা
চহি কয়া-কয়া
কুমজা কয়া কয়া চাদ থক্তনা
লোংনা তারে লোংনা
উপনা তারে উপনা
অরা-অনা কয়া খাংথিবা
সুংগুয়া কল্লবা থম্মোয়
কিদয়নে ভক্তি লৈতবা
ব্যবহার লমচৎ খংদবা ব্রিটিশ ?
ওঃ লৈনিংত্রবালেদো বাপুজীগী
খাংবা কনুবগী হকচাং, নিংহন্নত্রবা
থম্মোয়না অরা-অনানা থল্লবা
মীচুংশি খংত্রবা তাইবংদা
তারেদো লৈমাই'থক্তা নিংগুম্দনা
ক্কেম্লেদো পুক্তি উকুল-লক্ত !
কাওরোই কাওরোই তারবনা
লম্‌য়ানবদি তিংথং ভুম্মৌ শেংবা অ থৌবা
শোয়রি হিন্দু-মুসলিম্ খাইদনা
জাতী-বিজাতী নাইদনা
ঈরাৎনরি পৃথিবী মফম্ 'পুম্বদা ।
তাকৃপীয়ম্মু লম্বীদো ইনজয়ক্কে
পংলবা নচা ময়াম্—

শিদবা খুভম্ বাপুজীগী
খুনাম্ খোঙ্গুল্ মা-মাচুনা ।
চৎথ্রবসু বাপুজীনা সংসারদগী
লৌথ্রবসু মিদাই তাইবংদগী
মূৎলরোইদনে থম্বীরম্বা বাপুজ্'না
'অহিংসা' হায়বা নীতিদো :
শাংলি ওসি পৃথিবী মফম 'পুম্বদা
কুম্বী কালেন থাইদনা ।
লৈহৌরনি বাপুজীগী মিংলেন দি
ইতিহাসকী লামাই থুদিংদা
ইরি সনাগী কালিনা
ওান্নবি তুমিং থানা লৈরি'মথৈ ।
রারবা কান্দ নিংঙমহৌজবা
ভারত ইমানা মিৎতগী
শিম্মরুপা পিরাংনা চেঙেৎ
কে'নশিন্দুনা অহিংসা পাম্বী
মখোংদা লাইক্ক থিকলি ।
হে ভারতকী লৈখোং শেংবা
নহা থোদাং চাওবশা !
ফুক্তোক্শি নাপী মখোংদগী
চাইথসি ঈশিং মরুদা
শাংহনসি মতম নাইদনা

লাওসি অতুগা ঐখোয়
ময়াম্ অমত্তা ওইনা পুম্না
"শান্তি-শান্তি বাপুজীগী
জয়-জয় ভারতকী"।

---

## জৱান ভারতকী

খুৎত্তা খুৎলাই পায়দুনা তুংদ নম্বো পোত্থনা
শুক্লবা উমংদা শোংলবা নারক্তে
তিংখং তুম্বৌ মরক্তে সুংজেং সুঙ্গাই'থক্তে
অহিং সুংথিল অনিদা কুপ্পী কালেন খাইদনা
চাদ থক্তনা শোকৃউ তংউদনা
খাংবা কনৃবগী থৌন'না, নিংহন্নদবগী য়াখল্লা
উপনা তারে উপনা, লোংনা তারে লোংনা
থেংঙু থেংঙুবা চৎলু চৎলুবা মক্মদা
পুন্সি নিংঙাইদনা ঈখয়্রিবা
লাইবক্ চাওবী লৈনম্ চেনবী
পুকৃচেল্ থংপী অকনৃবা পোকৃচবী
অক্নাওবী য়োকৃচবী মিচং সঙ্গন নাইদবী
চায়োক্ নাওয়োক্ ফবী ভারত ইমাগী
থৌনা ফবা, মরৈবাক্ নিংবা
জাতীবু সুংশিবা ইমাবু কনৃনিংবা

হে ভারতকী থৌনা ফবা জরানশ'।
চেন্শিল্লু মাংলোমদা থৌনা ফনা
কাপ্ শিল্লু য়েক্লবদা নিংহন্নদবা থম্মোয়গা লোয়ন্না
য়েংলক্কু নমিৎতুনা হন্ন' তুংলোম্দা
মাইনৌ লুপা থৌদাং উৎতুনা।
শোল্লি মীপুম্তিংবা, ঙাংনরি
য়ুমথোং খুদিংদা থৌনা ফবা
নংগী থবক্, নিংহন্নপ্রবা নংগী রাথন্
ঙাক্লিবা ইমাবু মাইকৈ মারদা
থেংনরিবা য়েক্লবা তেঙ্গোল-তেঙ্গোল্
কৎলিবা ইমাদা ঈ খুজোক্-খুজোক্।
তুম্জরেদো ইমা ভারত নিংঙাইদনা
হোন্জরেদো স্বর নেন্না হংন' শাংনা
থৌনা ফব মমা নিংবা
য়োৎকী হক্চাং শুংগা থম্মোয় চেন্বা
অথৌবদি মচাশিং' ...ন্দগী।
হাপ্পীয় থৌনা ঐখোয়গী জরান্দ
পীনবীয় নিংহন্নদবা রাথন্ থম্মোয়দা
ঙাক্চবদা ঐশোয়বু কন্স্ববদা ইজাতীবু
য়েক্লবদি মপৈ ফন্থিবদি শঙ্খনগী
থৌজাল্দি হৈরবা জগৎকীদি মপু-ও

# অপংবা তাইবং

অপংবদি তাইবং মীওইবা ও !
অঙ্কবা অহেন্‌বদি থংদবা
অচুম্বা হুংঙাইবদি উদবা
ধর্ম্মনা য়ুম্বীনিদি মিৎতাংবা ।
উশিন্না উশিন্নদবা
থংদশিন্না থংশিন্নদবা
হে তাইবং অপংবা !
পাপীগীদি মরক্তা পুন্য
লম্বা শেমৃগে, মপুগী
শিদ পাঙজেনৃগে তাপা-তাপী
ময়াম ঈরানৃবীগে হায়হুনা
মতোম্‌ লাকচবা মিৎকী
ঙান্না উবা তাইবংগী
ঈশ্বরগী মচানিপা অথোইবা
অবতার যীশুখৃষ্ট ;
মমৃনা চংপা লম্বীদি
ঙাম্না চৎহনৃগে হোৎনবা
কল্পকৃপাদি ফংতবা মিহৌবনা
অল্লাবদি ওইদবা ল্লাহৈনা
অমৃতগীদি হু হৈজিন্দুনা
পাংদি তিংহুনা হাংখিবা

ঙানবরনে লন্থী মতুনা
হে তাইবং অপংবা ?

থরানমিচাক্কীদি মরক্ত থাগুম্না
অমমৃবদা তগুপ্না ঙানৃজবা
হিংসাগী পাঙ্গন্‌বা মরক্ত
অহিংসাগীদি অশোন্‌বা গান্ধী—
তাইবং শান্তি পাওজেনগে
সিদ' পান্থী থাবীগে
অমৃত লাইজ খিকপীগে
জীব অরা' কোকৃহন্‌বীগে
মীওই' জাতি সুংঙাইহন্‌গে
থৌরাংবদি করিগী হাৎলিবা
মতুনা হেন্না ইংবর'
হে তাইবং অপংবা !

শারবা লৈভোইগীদি 'থক্ত
থৌরাংলবা মীদা
অয়িংবদি লাইজ পীথকৃকে,
উপালগীদি মরুমৃদা—
শান্তিগী উরুম্ লাংহন্‌গে হায়তুনা
অল্লাগীদি শিদ মপাও পুরকপা
অতোন্‌বদি হজরত মহম্মদ
করিগীদি য়েক্ল মরুপনরুবা

তেংজবরা মতুনা হেম্না
হে তাইবং অপংবা ?

য়ারোই-য়ারোই লৈবা
অচুম্বা, অফবা, অহিংসা মাদি
ফংত্তবা, ওইদবা, হিংসা মরক্ত
তুমগনি অত্তংবা উনগদ্রা
অশাবদি মিংয়েংদা তুম্মিংক !

---

## ভারত ইমাগী নোংশা পাঙ্গন্বা

ভারত ইমাগী নোংশা পাঙ্গন্বা !
শোংলবা নারক্ত লোৎতুনা লৈবরা ?
সমুদ্র ঈরোম্নুদা লুপতুনা লৈবরা ?
লাকখো ভংলখো হল্লকখো ভসিন্তু ।
নোংশা রক্তগী নোংশা অথোইবা
পাঙ্গন্বদি নংনা তাইবংদা খোংদারক্পদি
জৌশিং শংবী লাইবক চাওবী
ভারত ইমানা মোমোন নোকচৈদো ।
(মীথা পোন্বা পামদবা, ইজাত্তীব
কন্নিংবা ইমা ভারতপু য়েক্লবদগী )
চেল্লিবা থম্মোয়দা থৌনা ফবগী ঈচেল
থল্লুবদা অঙকপান অকিবনি তুজুংবনি ।

নহাক্কী হনূবা লৈত্রবা থৌনা
ব্রিটিশ চেক্‌পম্‌ংদা শাম্নখিবা লীলা
জাপান্দ আজাদ হিন্দ ফৌজ
থংহনূখিবা থৌনা পৃথিবী শিম্না ;
লেপ্‌তনা শোল্লনি মিংথৈ নংগী
লেংদনা লৈয়নি মিংচং তাইবংদা ।
নোংশাদি নোংশা ময়াম ইমাগী
মান্নদে ইতোপ্‌ তোপ্পী ময়াম্মদগী—
পামূদে অহিংসাদি গান্ধীগী
উৎনিংই হিংসাদি মুপা থৌদাং ব্রিটিশ মমাংদা ।
নোংশা পাঙ্গনূবা নহাক্কী নপান্দগী
ভারত ইমা মমিৎ মমাই পাংজরে
শন্দোকৃথ্রে মতিক্‌ মগুণ তাইবংদা
ইক্লাই থুম্নরে জগৎনা ইমাবু ।
র‍্যায়বা কান্দা নিংশিংলকই ইমানা
কপ্পী পিরাং চোৎনা মিৎলূদা ,
শোল্লী অব্বাবদি নিংঙমূদবা রাহৈদা
ভারত ইমাগী নোংশা পাঙ্গনবা ॥

# লেন্‌জগে মতম্‌

থম্‌লে মাংদা চে
পাইরে খুৎতা কলম্‌
উইশিল্লে মিৎ অনি
তৌরে ধ্যান অনিংবা
লাক্‌তরে রাখন্‌ ঐগী
চেল্লকৃতরে ঈচেল্‌ পুক্নিংগী
খোরকৃতরে খোঙ্গেল থম্মোয়গী
নাইদরে ইপোম্‌ হকৃচাংগী
থাঙমৃদরে নৌ ঈপাক্ত
খোংঙমৃদরে কলম চেদা
করম্না লানৃগনি ঈপাক্‌
করম্না খুংগনি সাহিত্য পম্বেং ?

খুৎতা মালা পাইদনা
লাইবক্ত তিলক য়েক্তনা
হকচাংদা গেরুরা শেৎতনা
চিন্দ রাম্‌ নাম্‌ শোম্দনা
কোক্ত জটা পুন্দনা
ঙক্ত উরিক্‌ লৈতেংদনা
নাকন্দ লুগুন থাংদনা
চঙলগদরনে ঐবু নকমৃদা ?

অঙাংদি নারা ঐনি
অপংবনি অঙাংনি ঙরাংগী ;
কৃষ্ণ ভক্ত ওইরকৃতরে
হরি মিংথৈ শোল্লকৃতরে
ভারত ৱারী তারকৃতরে
খম্বগী ৱারী পাহৌদরে
থোইবীগী ছৈরেং তম্‌হৌদরে
মম্‌না লাকলে ঐদি
উরকৃতরে ইবুংঙো নংগী
অরাম্বদা উরিবা চীংদোন
থাপ্না শন্দোকৃখ্রিবা লবুক্‌-লম্‌হাং,
শংল নোংমদোন' থকী
ঙোর লৈচিন্‌ মপৈ ;
য়েংলকৃতরে মেরাগী পুর্ণিমা
তংজরকৃতরে থাবলগী অমৃত
লৌঙম্‌দরে মহাও লৈতোনুগী
থংদরে অরা' হুংঙাই'।
অহুবু ঐদি চানুবীয়ু
তোল্লবনি ঐদি ইতোমৃতা
লৈতবনি চংজফমদি অমত্তা
নত্তনদি নংবুদি মপু।
উহনুবীয়ু নংগী চেংলৌ
থীকৃপীয়ু অমৃতগী লাইজ

পীনবীমু থৌজালগী মপু
শকচগে শোনজগে নগুণ
লেনৃজগে মতম্ নকমৃদা

---

## অরেম্বা ঙাক্কনি

পোলেপ্কম থংদবা রাখল্লা
পম্থুংকম্ লৈতবা আশানা
উরু-উরুবা মাইকৈদা!
তারু-তারুবা মকমৃদা
খজে খুৎতা পাইতুনা
ঋতু কয়াগী কজবা
ক্ষোংদোক্‌কে হোৎনৈ রাহৈনা
অঙৌবা চেগী'থক্ত, অতুবু
থৎলৈ হিমালয় চীংজাও
চেম্বরকতে গঙ্গা যমুনা ঈচেল্
লানবা ঙম্দে মালংবা
বিন্ধ্য, সাতপুরা চীংদোল।
য়ৈথাইবা অমনা
তমৃথিবা চামা চামা
থোরকতুনা থম্মোয় লাইয়ুমৃদা
অ মুবা ফিজংনা হেক্ত খনৃথি।

উগে লাকৃনৈ ফাওত্নবা
অঙানৃবা মঙাল্ শিংশিনা,
অম্বাবা য়াথঙ্গা ফুখ্বংনা
ৎম্রংশি মূনা মূনা মঙালদো।
অয়েম্বা ঙাক্তনি হোৎনবাপুম্বা
ঙম্লোই থোৎনা নৌহনৃবা
ওলাংথাগী লৈয়াংগুম্ পেৎনা
কল্হনৃবা শোয়ারেনগী বজ্রগুম্।
তপাবদি কনাগী থম্মোয়বু
পেল্হন্বদি মুংশি পিয়োইননা;
থল্লুগনু জগৎ শেম্বা
মপু মাগী খৌজ্রাল য়াওদনা।

---